


ফোংদোকচবী
থোকচোম ওংবী প্রবীতা দেবী
শিংজমৈ চৌংথামথক নামৈ লৈকপম লৈকাই



"পুম্নমক অহৈবনা থোকচবনি"

'লাইরিক অসিগী মায় পাকপা, মনা মথুম পুম্বা অহৈবগী অধিকারনি"

অহানবা থুংনম : ২০০২ - ২০০৩

কোপী মশিং : ১০০০

মমল : লুপা ৫০/-

Arts by: R. K. Thambalsana Singh
Singjamei

নম্ফা : গনেশ প্রিন্টিং পাউনা বজার, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

সাহিত্যনা সমাজগী মীংশেলনি। সাহিত্যনা লমদম অমগী সভ্যতাশিং চাওখৎলকপগী তাক্কক তাক্কশিং উৎলি। লমদম অমগী মীওইবশিংগী ফিজেৎ-চাকচা, চৎনবী, পুন্সি মরোল ৱাখল্লোন অসিনচিংবা লমদমতুগী সাহিত্যদা মমি তাই। অসুম্না ঐগী লাইরিক "দূত" অসিদসু লমদমসিগী, প্রজাগী, ঐগী পুন্সিগী মমি খরদি তাগনি .. তাবা য়াই। অতুবু লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈমচা পুম্বা কনাগুম্বা নুপা নুপী অমগী পুন্সিগী মমি লৈনদে। পুম্নমক লমদমসিগী চৎনবী, অৱাবা, নুংঙাইবা, ঈমুং মনুংদা য়ুমফম ওইরগা ভাবনা শাগৎলবনি।

অইবা :
দেবেন্দ্রকুমার ক্ষেত্রি
শিংজমৈ চৌংথামখা

# য়াওহুম তাকপা

| হিরম | লৈমাই |
|---|---|

# মতাং ইচা চাদনা

তশেংবগীদি ঐদি লাইসে নিংজবনি। অদুবু ইশ্বর মরু স্থম নীংলু-নীংলুমগা স্থম বাসিল্লকইবা অসিনা করিগীনো? তল্লেদা লাইসিস্থ মী য়ামন্দনা উজবা ঙাংনা । করিনো ইকায়না অমস্থু য়াওরে, লৈকাইসিনা লাই নিংখংলক্লিবা। মথ য়োমগী তাম্মানা ফংঙে, ঙরাং নহান্দগী মন্দির শাবগী য়েবা-খোংপগী মখোলতমক থাদোরকপা। নোংডানবদগী নোংমগী চরা, চেংগী মমল তানবদা চে কথরবা ভুম্মিংলবা ঐতবু রাহল্লি। অদগী চেতাক লৈরগা কাঙগা মা গনা অমুক লান্দারক্লনি। খংদ্রেদা লৈত্রবা লায়রবা ঐগী ইতবু পামজবা ঙাংনি। ঐখোয় ইমুংদনা থর থিং হেন্না লৈ। তৌবগীদি তামোংসে লোন ফংলে চায়র্বনি, অদুমনি মন্দিরকা শারিংশ।

খংদ্রে খংদ্রে কমাই তৌরিনো, মীদি হেক্তা শংশং তোমালকাসে ক্লাস অমগদা তম্মিন্নরকপদা ইথাদা লৈরকই-পোংনা। থবক্কাসে শং-শং ফংখি, ঐখোয়না সাংঙিফিবেত ময়ামসে ঙম্লানা কোল্লগা অহুম কম লৈরে। খংদ্রেদা ঈশ্বর মাস্থ কংত্রবদি ইউ উত্রমাল্লে। ইহে অমুক লাকলক্লেনে, কাঙখল অমত লেপে হোংনগকপা কুইরবনি, লৈবা ঙমত্রি। কৈনো

লাইরিক তমদুনা তাওদুনা নহা ওইবগী ফংদ্রে। পোৎলুমনা ওজা কারে। সে হায়রংদি অমুক পুং ৬ (তরুক) নংনবা অতাং টুইশন চত্তোয়নি। নত্রা লৌদে, চিকও চিকও কাও ও মা ও লোয় চিকও। নত্রা লৌদে, অমুক চোকথরক হকচাংসিদা নংখায়না তোংশা সিদা চিকপসিদি হাকচংবা হোংগুম থোক্লে। চিকও .. চিকও ।

হায়রিবা ইকাওবু কাওইনেহে। ঙসিদি বন্দ নত্রা? করম হৌদাইব, হাই চেংদি নহাক থর পুন্না রানখিক্লা। ঙন পাথকনবু চেংগী রাখলকাপ্ত লৈরে। হেরা ঐখোয় শাঙ্গাবু ইশান থাদনা। কৈকো? ইমানা চেল্লসিনা! মীনা পেশা অমত্তা লৈতে হায়রক ফাওবা কৈনো? কংব্রবদি য়াদেক হাক্লো? তোবগীবুদি মোয় হংদোক্নবেম তোয়গা লাই হকোখৎপগী হেরা থরক কংনংলমগানা অহলানিনা। অচু লৈজ-বদি কৈনো লৈত্রেদনা। চে চাকতুন খোংদোত্রগা চারগা তুমলুরে। কংব্রংদি কুপলায়না লাগনি হায়ব্রা? তশেংবনি ইমাগে মতম চাদ্রে মাগী মশংসে খতলবনি। মমা মশুনা সেবা চংগনা লৈরগনংসিদা মাদি হৌজিক্তা চাক ইঙ্গাং খোংদনা লৌ অনৌবী শারি। কনানবু পামনৌগনি হিক্লা খোবা ঐদবে? থগদবা নত্তে ঐ খডজে। অচুবু ঐ-সে গ্রেজু-য়েটনিকো। অখগবনা খডজনি। লাওসিয়নে ।

ফনজুনা ফরে ঙসিদি লাইমাও ফত্রজুম তাখোক্লে হায়রা। বন্দসিদবো মাইবীদি কমাইনা? বন্দনকা লুপোত্তেনে। বন্দ

হা ? ফদনা তৌরিনে হায়বা হোয়নে তৌবগীবুদি লৈকাইসিদা খ্বাইদগী ফিভম ফবসে ঐখোয় ইমুংন্দিদনা .... । ঐখোয়গীদি ঞেন্নিং চংদা খোংপা শৈতে। হাইমা ইমা সিবু করেম্বরো অদে। ইনে মাইবী ওসাই লোইশিল্লবপদা ইবুংঙোদা হৈরাং লৈরাং কংরকপা ওম্মকপু অম। অনা, অশি অনাদগী কনবিতুনা ঙাকথোকপিতুনা নুংঙাই য়াইফবা পীরম্মগে, হায়বদো ঐখোয়গীদি শরুক য়াওদরেনে ? ঐখোয়দি ইবুংঙোদা চেত দনা করমম্বা কংহৌদরে। কৈনোনে তাম্মোনা অমুক শাগংরকইসনা। সিবু করেম্বরো ? তাম্মো মথঙ্গী লাইরো ঐখোয়গীদি লাক্রো ? নত্তে লাইবু কাম্বরগা ঐনা কার তোংজগদৌরিবরো। হে ইমা য়ুম শাওনিংহ। নংনা চিংগী লাকপনি নত্রবদি নত্রবদি মকোক্তো থুগায়রমগদবনি। ঐখোয়সে ফিভম থর চান্ত্রে হায়দনা উঁশংতবা মাল্লি অশোয়বপা ফিরদনা হা—কগিগী লাইনো ? অশেংবদু হায়বনি কৈনো ? ঐখোয়দি ফত্তবনিনা ঈশ্বরদ কংলকপা ওম্মা কন্নবিগনি হায়রবদি ঐখোয়দি য়াওদরে লানথরা সিবো।

অরাবা খুদোংথিবা কয়াদা নংদি তোম্ম-তায়বগী মরুপনি হায়রগা করিগী ঐবুদি মতেং পাংবিদরি। তশেংনা ঐবু লাক নিংদবরনে ইমা নিংতাদি ঐ ইশানা থঙজে। নহালরাই ঐম্ম নুংতিগী ইরু লুথোকনা অমুক সুংখিল ধুপ থাগ্নিচুদি। তৌবগীবুদি ঐ নত্তনা কনা লৈতে। অদে। ঐ পাথংনি তন্দনা

তোকপা য়াই। অদুবু ঐ তোকতেদনা মাবু নিংলিছদি। অদু ইমা ঈশ্বর য়াম্না নিংলবদি রাই হায়বসে চুমবজাৎনি। মারী লাইরিক কয়াদা ঈশ্বরগী ভক্ত কয়ানা রানা রানা থাংখিবাদা অরাংলোমগী তাতোম্বহোয় ইমুংদা য়েংউনে। চাকথুমসু নাইদে চ কথূদসু য়েনসু থোংই, চেং কবোক পকখৌদা চৌই পকহুংদা নুংঙাই। ঐখোয়গীদি অমাং অশোয়না থায়রিবা, নোংকাদোকা চেং ফবোক। চৌগে হেক থোরাংলুবদা ইমানা হেক্কা চৈ। কান্নদে ইমা থর তোক্লসি। অমাং অশোম্বগসে থম্না তোক্লগা অমুক য়েংলসি। নহাক্লমুক্কী মপোক হাইবা কান্নপোক্তোসে। মীয়াম্শ্রগা কদায়দা চংলিবা। অস লোয় স্বর্গ চুবু কনা কনা চংলুরে হায়বগে? কান্নদবা পোংনি অস ইমা কম্বাইনা নিংদোইনো লেতংগী চৈগেংনা অমুক ফংডে টুইসন অদগী মুংথিজনা রিক্নো। অদুবু ংম্নকলগা কদাইদগী লাইনো? হেম্না ইমাসু পংহায়দা হেক হায় শাখ্না মুংশাডুদা উখোংডুদা রিক্নো মথক্তা যমু ফমু করমু লাই নিংশিংদোইনো? কান্নদে ইমা লাইদি কংত্রবদি উত্রবনি। ফাগী নত্তে ইমা নোয় ইন্দ্র কাইদো মগিং লিশিং অম পাল্লি লোইনা উই চায়বদে। অ থাইনগী মী য়াম্না য়ামত্রিংগী বানি। হেডিথি মগী মথিং মশিংদগী লাক্ষ লাক্ষ মীনা হেন্নবনি। অদুন উররোই। কান্নদেসে লাইনকা ফাওবা নত্তে। নহান ইনে মাইবীদো মী মুন্না মুন্না য়েংইদো মানা য়েংবদো লোয় ফাওরকই। মাদি ভশেংনা উশিম

শিনবগী ঙমুগা য়েরুমতবু পুবদা ফনা লুমলমলগনি।

করিনো অঙাংনে হায়না তাক্ল তাক্লগা হৈত্তবসিবে? ইহৈমা অঙাংশিংসে থর লুনা তৌবা তোকও লাইরিক শোয়রনি। কৈনো ঐথোয়দি তাকশিনবা অমত্তসু লৈরক্তে। তুইসন তম্বসু খংলক্তে! অদুগা মে কাসে নোয় সুমাইনা ইলেকত্রীক ঙাললমপোক্তে। নোয়দি প্লাঙাইরপোংনিনে তেক হায়রগা পুমঙান থাক্লে। সিদবু সোফা মথকসিদা লুম্না ফমলগা লাইরিক তৌ য়াদবসিবো করিনো? কৈনো মংনা অদুক ফিংলা? হা ঙনেহোন লাই তোংহৌরে হায়বা? খোইরম্ম ঐবু করি অস লাঙ্গরে হায়বা? করিগী? ঐনু ঈশ্বরদা লংজৈ হায়বা। অস শোয়রহে অমুক রাবা পুন্সিবু কদায়দা করিদা মতং পাংবিগে হায়দি নোংমতা ফাওদে। অদুগা ঐনা পেন্দুলা থর হুইনজনা কৈ কেনো থর হাদবদুদি উহি তারিনে অদুম্ব লাক্লে হায়বু অমুক হায়রব...। আইস তৌববুদি ইনেহোন্দা নহা থাদবদা উতৌই। চংলো চংলো....।

ইনেহোনদে, ওস্থাকপা অবস্থাদা লৈরম্ম। কোনবা লেপলম ত্রে। কনা কন্নাগীনোম্ব য়াম্না যাওরে হায়বা। ও: অদো মনা তৌশিন্নরিসিবে? হেয়া তৌশিন্নরিনে হায়দনা মশামক ফোয়দংচগদ্র? ময়া কাসে কুক কুক চিকলদনা...। নহৌসি মানা লাওরিসিবো ইকায়রম্বোয়দরামি? তৌবগীবুদি লৈবাকসে মানা হেক কাওবদা লৈহোয় মফোল থোক্লে। মথুংনা মশামকা

ফোয়রদনা অসমকি মরোলকা মকম খংজে তৌশিম্নরিকো ? হেব ওজ্জোকপ। অস্তক র'ব। খবকসিবু তৌশিমবা হোনদে। ইশ্বর মাগী খুংশমস্ত অঙ্কপনি। কয়াম রাগ্রবা চেচেংকো ? ঐনা অমুক্তং শাংনা তিংথাক্লগা ইবুংঙো ননাইবু ঙাকপীয়ু। মনাইদি ইবুংঙোবুদি নিংজবনি। স্তম ওইনজবনি রাঙ্গোবীয়ু ঙ কপীয়ু হেরা লাই ইবুংঙোস্তু মত্তাং ইচা চাদনা উই। অচুক রাগ্রবশি চুদদি নোংমত্তস্তু ইবুংঙোগী শেংলবা পাউজেদা তায়-রক্তু—উবিদে। অফবা মুংঙাই য়াইফবা মথোয়তবু মঙ্গল পীগনি ফাওই। পোল্ল-তারবা লায়রবা ঐথোয়বুস্ত থয়া থৌ জানবীবা কৈ। অচুগ ঐন পেম্মচুনা খর ওইনজরুচুনা তাংব-শকপানি হেক্কা উই। ফাওবী লাম্ল হায়জো তাকপী। ননাই ল লংব পুমলান লাঙ্গর। লাই ইবুংঙো মত্তাংদি ইচা চাদেহে।

---

# য়াওশঙগী থাবল

হাই ঙসি তাং ২৬ নি। অস ফেবরুারী হায়বা থাসি লোয়শিল্লকরগা মার্চ থা লাক্লবদি করি নিংশিংই? খল্লু, খল্লু, উন য়াওশঙ নত্রা? অদুদি য়াওশং অমুক হায়রকলবদি করি নিংশিংই! খল্লু খল্লু, হাই থাবল নত্রা নঙসিদি হায়বা হেয় অদুবুদি মীদা মীদাদুগী মচুং ইল্লি। অঙাং মচাশিংনা নাক থেংবা নিংশিংলকই। অহলশিংনা চংকদবা শেল ময়াংগী মথা শাই। অদুনু মহারোল ঐখোয়গীদি করিগী মথা করি হৈশা নিবা .... । থাবল নত্রা নিংশিংলিবলে। হুম অংশংনা হেক হায়রক্লবসিদাদ নিংশিংক্লিনি হায়বদো।

য়াওশঙ য়োংক্রি মার্চ থা লাক্লিংলকপদা থাবলগী তিং তিং লাওবা তৌই। করিম থংদে মহারোল ইচিন-ইনাওশিংনা য়াওশঙ মতুং মুমিং মচানিদগী হেন্না থাবল চোংবীগনু কায়না। ঙং মোমতু পাথং ওইরবা থংদে। তৌবগীবুদি মসিদি ঐথক্কী থাবনিদা ময়ামগীদি অমত্তা থম্দবা শাখিদরা? চঙী থুদিংগী থাবল চোংদুনবা লাকই। অঙাং মচাগী নাপ্পা। হন্দক্কি চোংলরোইদরা? য়োমিংতাগী থাবল চোংলরবা হংলুববু চোংলরোয় অঙাং নত্রবনিনা হায়। মানকাও চোংদরবদি ঐদি কয়াইনা অদুবু উরানবা নাত্তেনে। অস ডল্লেদা থাবলসিদি কয়াই তৌনি।

হংচিঙ্গি য়াওশঙ হায়বদুনি তংথেদা ....। থোঙ লোয়ামচাগী বসন্ত, তোম্ব, নাওচা মথং মথং চংলকই। "লাকইবা শকশিংসে য়েংউ চাক চান্নমি কায়না হায়রক্লনি অঙাং মচাদোনা"

খল্লি। মখোয়না চংশিল্লক্লগা "ভাই য়াওশঙ হংচিংনি কমাই তৌনি?" "এ য়াওশঙ হংচিং ওইরগা কৈদোৌসি হায়বা? চাক চান্নসিয়ো।

—অভাওবা চাক চান্নবগী রং নত্তেনে। থাবল কমদোৌসিগে? চমেং থাবল লৈয়ে চোংনিংজ্রো?

—এঃ য়াওশঙদি হংচিংমি। হয়েংদি থাবল কমাইনা নহা-য়োলন থিংদরা?

—এঃ নহায়োলনকা চংনপোত্তেদা। মখোয়স্ত খর চেকশিন্নবা চায়বনিদা থংনিংপোত্তেদা। মখা শাংখররদি ইরাং গো-রক্কনিদনা অতৃগী মানি।

—অস: নোয়বু চোংগজ্রো অভাং মচাদোৌনা।

—থংদে বসন্তদ চোংলয়োয় হায়বনি। তোম্বা, হেমন্তগা ঐংখোয়দি চোংখিনী।

—থংদেদা ভাই, বসন্ত চোং চোংদবা চংতি চংশিকো।

— হোয়

করিগীনে থংদে ময়ামসি মশা ইনান নাম্লি। থাবল চোংবগীনে। অদা ঐংখোয়দি চোংলয়োয় হায়নখিকে। য়েংবা চাত্তুইসিদি। খজিক মমধরকপদা থাবলগী মখোল তারকপা তিং তিং লাওই। ঐদি চোংলমোইদা। থংহৌদে হৌনবা নকমাইদে ঙসিগী খ্বাইদগী নকপা থাবল লংথবালদা। খর নক-শিল্লকপদা থাবলগী মৈঙাল অভিয়াদা লংলপউই। মক্ষম চপ

চাবা খংদে। থেংনবা পাথং খুদক্তা মরুপ শাগ্নৈ খোঙবু ওই।

থাবল চেংফম য়োরবদা অহানবা গংকী নুপী ঙাক্তা চোংলম্মী। থোইনা থিদে থোইনা ফজবস্নু নত্তে। মৈঙান্দুদা ভৌরপ ভৌরপ তৌই। য়েংবদি লোইনা য়াই লৈশাবীশিংদো অদুব থাবলগী মহাওদি খর হস্নরে। থোইনা মপুংফাবা লৈশাবী শারি য়াওদে ইনখংলকপা হন্দক চাওখৎথিবা ঙাক্তা ওইনা তোঃ। ফজৈ তগং তগৎ তেকই। শেংলিবা খুদং ফজবা মতাংনি। অদুব মশা মউ থরা ফবা মীদদি ফে খরদি শারীনা চেনগদবস্নু য়াওরে। 'মখোয়না শারি শেংকৎলংলিনা ফিনা খেং রেল অঙাং চোংহা ভাক্ত চংলক্লিনি।" হায়না হায়না মাইকতা ভেঙ্গলমেন চংবীবা য়াগনি লাওরকই। হেক লাওরকপগা কং-হোররোয় মতাঙম পাখংশিংনা গ্রং। ওস্নোকপনি লৌশিন্নচুনা তুবকাস্নু য়াওরেনে। ফনচুম নুংঙাই য়োংনা তল লাক্লবচু মঙাই এঃ পাখংশিংসে য়োং অদুগা লৈশাবীনা তল তারেনে ভাই। নত্তে লাক্লবদা মচেং তাবকা য়াওদ্রা? য়াওথিদোংনিনে নংনা খংপাওনে। তৌবগীবুদ লেম্বা য়াপোত্তে অপাম্বা ক হৌজবদি শক্তা শক্তা চান্নবা হায়বচুনি। অরাংবগা অরাংবগা, অভৌবগা অভৌবগা, অমুবগা, অমুবগা সপৈবগা [illegible]। ভে ভে রারে খোং খোং। অহানবা হেক নুপা চংবা য়েংবা নুঙাইতো

মাইহাক লৈরগা থাবল য়েংবা মীনা নুংঙাইরক্লে। তান চপ চপ চানা থিনবা মখোং, চং নাইনা হায়বা মখুৎশিং য়েংবদা

ংথোইদোক্ল। পুক্লিং মথুম ময়াং হৌই। থংহৌদে মথং মধং ঐখোয় পাটি থাবল চোংখ্রে। মশক মহৌ শকহেন্নবী খর লমকেৎ লমহাইবী, মমাং মমাংদা উৎচবা পাম্বী খরনা থাবল ময়াইদা মকোক চিংবগী মুন্নে।নুপা মরক্তস্ত ঐনা মফজরে খঙবা ঐনা হেল্লে খঙবশিংনা মকোক চিংই। মথোয় ময়াম চেক ল'ক্লবদা থাবল মকোক য়েংবা মুংঙাইতে মরক্তনা য়েংবা হেল্লী। মীওই মশক মতৌ খেন্নবনা থাবকস্ত মথল মখেলনি ইমাংপাকী উদ্রিবা থাবল খুচোংস্ত উই। অকাএবা শুন্দা খরন চৈ লাকপা য়াবা খুচোং চোংই। ভরনতিংয়ারনা মশক খঙজিল্লি হোল্লেল কমদোবা।

মরাইবক খিরবী নুজা খরদি নুপা অমত্তা পাইবীদা শিংলমাল্লে "খর পাইবীমুবা বসন্ত" হয়ন্তবু ইনশিল্লি। নুজা খরদি নুপা ময়াম্না কোয় তান তান্নে। নুপাশিংদা অঙম্বা তান্নে অঙম্বনা পায়।কয়াম ফজবা জাৎনো? য়েংলুবদা গ্রেন হায়কেং য়ারমই খুচোং ফজে। ফোরেল মাল্লি মরেং মরেং চৎলকই মীরকদিদা "অম"। নুজা খরনা নুপা ফনা অমত্তা পাইহনলরোই হায়বগী মতাঙুম নুপা অমনা থৎ অমুক চেন, অমনা থং অমুক চেন তৌই। "হুম শকথিবী নুপানা পাইবীগে হায়ববু য়াদরগা তোকচৌ" ইৎন্তা ফল্লি; নুজা খরনা শেংলিবা শারিগা শমদ শেন্নবদা থাবল চোংদে। নুজা খরনা পরপ পরপ চংখিজুনা শারি চোংদোকই। নুজা খরদি

ফংলিজদা চোংহৌরগে খন্দূনা কন্না কন্না চোংই। তম অক্ষু-নিদনা ঊম অসিগুম্বা মুপীসিনী থাবল চোংবা মুংঙাইরিবা নুঙ্গা থরনা রারী কন্না কন্না শানৈ।

নুঙ্গা মরক্তা লুহোংবা কুইক্লিবা, মচা অমথক্তা ঙাইজরিবা ফজ্ঞথংলকপা মৌ তাংনা থেংলি। তগৎ তগৎপা নহা পাখং-শিংদুনা পায়বীরগা থাবল চোংবা করিদা হংলুহনি মুংঙাইবা হা? লৈশাবিদুম নিংশিংলকই। খংজদবা পাখংনি মনা তৌরিবা বিজো প্রোগ্রামবু করিনৈ। থোক্তগা লৈয়রে মায় থাস্বক নে ইতৈজহুনা খল্লিবা।

থাবলগী মপু জেণ্টলমেনশিংগী কুম্মৈসু মুংঙাইরিনৈ। চহী ১৪দগী ৩০গী মথক ফাওবা য়াওবা য়াওই। ইনথংলকপা মং-জেণ্টলমেণ্টশিংনা শারী শেংপী মমা ঙাক্তা পায়নবা হেংদৈ। থরনা থিবা থির্দবা খন্দনা পকচোংদা চোংই। থরনা মকোক চিংবা ওবু শনথন পায়। থরমনা মুপী অমা অনিতদা মুম্রহনা ঙংনদুনা লৈ। থরনা থাং তেন শংনরগে তৌনৈ। চহী থরা লৈশিল্লবা জেণ্টলমেন য়াওবা মক্ষম মতং মতং তংলি। ওস্থোক-পনি লৈশাবীশিংসু থরা থনবিবা কৈকো। থর অমনা মুপীকা পায়দনা পুনা বন্না কন্না চোংই। এনা চোংলবদি মখোয়গা চোংলমগনিকো ...।

অঙকপা সমাজনি য়েংউ থাবল চোংবদা মচা লৈশাবী-শিংডু কেহন্দূনা পাখং মমাংদা জগোয় শাহল্লিবা ....। অদুগা

পাথনা চংশিল্লগা তাপ তাপ নোক্লিংঙ্গো? থাবল মতমকা নত্রবদি কনা। কৎকেহুম হায়বীয়কনি কিজে। চৎনবীসে ঙকইকো। অদুবুদি নুপানা পায়দদি কনানা ..। থাবল ময়াইদা মচানুপীনা তৌরিবা জলকেল্লিদু মপা মমানা খোর-দামা য়েংই। অপাই অপাইবা নুপা মশক চাংদয়ে। ফজবা নুপানা মচানুপী পায়বগী হয়াওজে। মবুং ফয়াম্বশিংনা জল-কেল্লি হৌরক্লদা ঙাক শেল্লী। খুবাক খুজুনা বিত হাপচিল্লি। মাল্লেহে ... য়াওশঙগী থাবলদা পোংফম ফখীনা হয়াওই। নুপা অমী পীবা কা নুপা মরি, নুপা পীবনা অনি মমল ডবল ডবল য়েংবহুম ফনা চুংঙাই। পোৎয়োনবী পরেং পরেং য়েকয়া পুমঙৌ। লোয়না শিংপোত্তে দমাদা মাঙই। মগুনা হয়াওই। নুংঙাইথ্রবা বলচিয়ারনি। মমিৎ ঙাংলি ঙাংলি, লোল কাউরি ফাইরি, মনম নুংশি হাইরং-হাইরং তৌই। মাইক লাওবদা ময়োল ফাই। মাময়া মশেল থেজাইনৈ উশিত্তে উশিংলি থাবল কায়বা য়াদ, মম ঙগী লৈরঙা ...। ফুগায়নৈ য়েথায়নি "কৈ থংনি নখোয়মু ঐখোয় লৈকাইদা লাক্কা লাকউ" — মশা নানবা জেন্টলমেন। জেণ্টলমেন মরক্তা তেয়োইন মামা পাউদর থারকপা, জেণ্টিক ৱেরকপা জর্মাদ বেড মানবা মবেং মবেং চৎপা দমাদা য়াওই। মখোইশিং অদু উবদা মুজা কয়াদি খাই লাওবা, তিং ফাওই। জ্ঞান মাংই। ভরনটিয়ার থরনা নুপীমচা কৈশাবী থমবু কোইশেল শেয়ে। মাগী মাগী

ওইরম্লে। নুপী মচাদো থাবলকা চোংফম থংদে।

থাবল কন্না চোংথংলক্লগা গং লোয়শিনবা নিংথৌ কায়নিং-ঙাইদনি। শমনগিবা খুং অহু থাদোক্লদনা কোয়চংকা চংশিন্-নবগু য়াওরি। অয়েংবশিংনা শাঙগদি লাইরভুনা রা রা নোকই মথংগী গং হৌরিইঙ অচাপোং লৈদুনা পাঁই। মথংগী গংঙা পাথংশিংদুনা হান্না হান্নগীদু পায়রে। থরনা অতোপপা অমুক পায়। মুঙা থাদি মাগী মাগী নুপাদুম থলগা থাবল মরুক থংলি। অয়াম্বনা ফিরোল ড্রেস তোংলে। পাথংশিংনা হমাং ঙিংঙি ঙিংঙিং শোলৈ। নুপী লৈশাবীশিংস্তু হমাং শোমদুনা ক্লিংলিব টি শার্ট অপাবদু কাংশ্রারকই। জেণ্টলমেনশিং থাবল বিং লৈথংনরকই। অচোংবা খুদিংন অচম্বদগী অরাংবা রাঙী শালৈ। য়াওশঙ নোংঙাক্নবদা অয়াম্বা পোগ্রাম থালে। করিপুনদ ফাংজিনবা য়াওদুনা ঙোথোক্লে। থরনা মিং হুজিং তৌনরম্নদগী খুংগলমদা থংথরকই। নুপীমচ দুনা টকাইদুনা লুকথৈ তুমন্না নোকই। অয়েংবা মমা মপা উই হেন্নুম নেকই। জেণ্টলমেনশিংনা শাশিনবা ফকরবা রারী শাই। মপাবু ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, দিল্লীদা তম্বা শাই। থাবল চোংবা হৈশিন্নদে। নুপীমচাশিংনা থাজে পুমাকেন কেনশিজলি। মথোয়দি থংত্রি মান। কেন শল্লুরিবা ইঞ্জিনিয়ার অম্বা তাশ্লোক্স হন্দকস্তু মেট্রিক থারনি ... ই তায়দোকপ্রে থংনিদনা।

ভলনটিয়ারশিংনা মী ফুগদোবগি পাংতোদা ডোই। জেনটলমেনশিংনা চেপকনিনা নি। নুপীমচাশিংনা পাংথত্ত থংলি।

অয়াম্বা জেণ্টিলমেন য়ামদ্রবদা থাবল মকম মরি মঙা চংলনবা থোরা দা তৌরে থাবল চোকনগী লম্বী গারীনা কুক কুক। লম্বীদা গারীন কুক কুক। লৈশাবী শরি, মতোক হৌরবী থরনা মী-ঙাক্কা খিবা ইনথংলকপা মচনশিংনা থাবল চোংলগা মথেল লংই। ফজবা সুপামচাশিংঙবু থল্লগা মচনশিংদু হোইজিল্লি। খোজিল্লবা হুইগী মতৌগুম সুপামচাশিংগী মমংদা সুপামচা-শিংদুনা গো গো থেংই সুপামচাশিংদুবা নিংথিং মিথাই থর পীরগা সুংশিনা নানথৌদুনা চুম্মী।

য়াওশঙগী থাবলদা লেলহৌদবা সুজা পাথং কোঙায়নি। মরাইবক খিবা থীবী কনাদি মথোঙ-মখুৎ লৈথোক্লুনা শম্বা চংনৈ। ঙসি য়াওশঙ নোংঙানবগী প্রোগ্রাম শোয়রনি পা-থংনৈ ঐনা ইমান্নবা থরগা শিংজমৈ সুপরমার্কেট হাইগংঙুনা সোপ্রা রেষ্টুরেণ্ডা চংলুবাদা লৈশা পাথংনা কুক কুক ইন্ন-রম্মে। ঙম্ম থাবলদা খ নবা ঙাক্তনি থাবলগী ইরাং হন্নদ্রি। রেষ্টুরেণ্ট মপু মরুপ্তুনা লক্ষ্মীগী কোটোদা অঙাংবা ধুপ থাই।

য়াওশঙ নোংঙানবগী প্রেমি প্রেমিকাশিং য়েকোত্তনি। ঐখোয় লৈকাইগী হন্দক চাওথংখিবা ইচন অয়াম্বনি। ইনান্নবা সুপী খিরবী মচা অনিগী মপাক্তুস্থ য়াওরমই। হন্দক লুহোংখিবা ইতৈম্মা হ'য়গন্ত্রা অহুস্থ নহা থরগা কৈনো তৌরিসিবো? পিয়ারগী প্রিয়ার ঙাক্তা মেনো ঐথোয়গী সিটতি? হেংবদা

ওঙ্গানা মমুম পাননিংবা য়াম্না য়াওই। তৌবগীবুদি লাল লাক্কদোরে হায়বনি। অদুনা থুনা লুহোংহৌদবা য়াদে কায়না খন্নরম্মু য়াই। অদুগা "মমা ববা" হৈবম্মা ইবাই খরসিনা কমাই তৌরিবা? চেরা কুব্রিংকাও মনশিল্লক্লবদি বিং কৈরক-প্রো? অনৌবা অহনবা চেং চেং লাওবা পামজক্লনা? হা মীওইরগী হৌনশানি শাওবা য়াদেহে। খংজেদা য়াওশঙগী থাবলগী ময়াই অঙকপনি। বিষ্ণু বিষ্ণু হৌজিক্কদা ইকাই-জরকই। ঐনা নহাগরাই থাবল চোংকমদা লৌখিবা শক্তম পা রিসিনকা হেনপোত্তেদা। সিদি থুদ হায়রুনি। হেক্কা হায়-জিল্লা লোয়রে কৈনো কন খংনি।

---




# লাই লিন

"ওহোকপনি খীওইবা, কুদাইদগী করিদা মরি সুকসম শম্নত্রবনু অরোয়বদা লাইদা হেক্তা তাশিল্লি। মসি মীওইবগী হৌনবী ওইরমাল্লেদা নত্রা ?"

নুমিৎ অন্থু ২১ লৈবাকপোকপা তৎনবা নুমিৎনি। নুমিৎসিদা লৈহাও হায়বা চাৎমান্দা, ইঙ্খোংদা ঊজাও ওইনা হৌতুনা পাংশাংতা শাৎপা লৈতু মংল ওহোক্তা য়াওখ্রে। অমদা লুপা অহুম মরি। অস করিগীনো ? ও! ঙসি কুম্ভনা মহাদেবদা লৈহাও কৎপা নুমিৎ থোকপা ও। ওহোকপনি মশিংসিনা লৈহাওতুবু লুপা মারি অহুম পীনা তাংনা তাংনা কৈথুনা কৎলিহে। ঐখু দলালগী লাইরক তৌফমদা মশক ফজে হাইতুনা খেৎপা মহাদেব হায়বা লাইতুগী অয়েকপতুদা ময়াম কৎনবনিনা অমা থেংগিগে খল্লি নাকন্দা চেন্দুবা থৌরানিহোইগী লৈহাও পাখাবু মুন্না মুন্না য়েংলুই। "ইবুংঙো লৈত্রবা না। পাথংনবু কৈদোংগেয়েগে। ঙসাইনা হেকহৌ য়াম্রে। অমা অনিথক-তুদি থাকলে ঐখোয় কংলগে। "ঐ লৈশাবী কৎপা"—মগা ঐগা মানা লুপোংতুথন্দুনা "তেকলোই" হায়শিন্নরগা অমা পৎ খৎতুনা লোয় পুরক্লগা মহাদেবতুগী মনাকোং মপাতুদা পিন অমা তৌরগ য়ুংশিল্লে। মহাদেব হায়বা লাইসিনা নুমিৎ-সিদা লৈহাওসে ওহোক্লা পামগ্রমাল্লে বোনধু। য়েংলুবদা ঙসিদা

লৈহাও থেংপিবদুদা হাইফেং নোকপদৌনা নোবফেং থৌশিল-লকই। ভাই শাথিহে ঐশিদি হা ·হা।

নুমিৎতুমা মথৌ লৈত্রবা, মচা মশু শেল পায়বা হনু হনা করা তিথ´ চংনৈ। ঐখোয় ইমাসু মীংাম্নবমক গুমক্লবস্ু ময়াম মতুং কোইনা ঊল্লি। নুমিৎসিদ মন্দির লাইশং মন্দির খুদিংশিংদা থাল্ল হৈরা কংলি। বাম্মোয়্য হরাঙক। অসিগীসু মথক্তা কনা কনাগুবনা য়ুমদা লাইরিক তানৈ, উসোব কংলি, ফোজা কংনৈ। কনা কনাগুবনা য়ুমদা পুজা তৌনৈ। হো মরমদা থাইনা কুস্তি কৌবা মুপী অমনা মংদেব হায়বা লাইদুদা লৈহাও কংথি হায়নে। রারী লাইরিক্তা হায়বনে থংন উনহৌবা নত্তেদা। শাথি সাবোন লৈপোত্তেদা। থংদে নুমিৎ অসিদা হিন্দু ধর্ম চংপা মীপুম খুদিং অয়াম্বনা লাই তিনগী রাখলদা ইরৈ লৈনৈ। ঐখোয় লৈকাইনা থর থিং হেল্লি।

নুমিৎ·সিদা মুসলিম ইচিন ইনাওশিংগীনা মহরম হায়ব লাইগী নুমিং তাই। নুমিদাংবাইরমন্না ঐনা টেলিভিজন্দা কারি কার লাকপগে য়েংলুবদা কারি কারনো অলাহ কায়না করা কমা লাওথোং লৈরম্মী। চেংল অমা হোংলুবদস্ু ও শিগশে কায়না ই লিসদা পংথাদা থাগংতুনা লৈরম্মী। ওস্থাক-পনি নীঙইবা লাইসে থামল্লেকো। ধর্ম্ম য়ামল্লেকো।

ঐনা মোরদা কম্মী। তাম্মাগী মচা মীনানা কম্মুদা

হিল্লি। ময়াম মপান্দা কুপ্তিনা মহাদেবদা লৈহাও কৎপা কায়না শেরান তুরান পংশাদা শান্নে। ময়াম লাংবগী মখোলচুদ মিনাদো হোৌগৎলক্লুনা হেক নুমথাখিবগা "ইমা" খংলাও লাওরকই। ঐস্থু কৈদোরে? হায়না য়েংলুবদা অচৌবা খারো লিন অমা ঐনা ফম্লিবা মোরাঙুদা য়েংশিনচুনা লৈরম্লে। ঐস্থু শাংগ্লাওচুনা "ইমা লিল লিল" পুন্না লাওমিম্নরে। ঐ ফম্মুদা চোংখত্তুনা মিনাবু ফাজিল্লে। মিনাদি কিংচুনা হৌনা কপলক্লে। ময়াম চেংশিল্লক্লে। লৈকাইগী অহল হন্নবী অমনা "হাই-হাই ঙাইখে; লিলসিগী মচু খুলাংসে য়েংউ। মসি লাই মাল্লি। ওস্থাকপনি লাই মানবা লিল, মান্দবা লিল কাইনা থায় মাল্লে। "য়েংউ মানা চিংক হায়দি ঙসাইনা চিকপা য়ারবনি চিক্লুদু য়েংউ। ঙাজা চানা নোং জম জম তারকই। অদগীদি অমনা "য়েংঙোয় ঙসিদে লাইগী মুমিংনি। য়ে ঙোয় নোংকাসি তারক্লুনা শেংদোকইবসে। চংল্লিবা লিলসে অতৈ কবিস্থ নত্তে মহাদেবনি।" অমনু ওইরো অমবু ওইরো। লিলসি মাঙাল্লামদা তাম্ন্থোক্লবা হাবচুনা তোচ্চপু কাপপনে। শিশিবু গানবনে তৌরকই। ময়ামচুগী মওং খোঙ্গলদা কাংখা মথা অচুবা চৈদা লৈশিনচুন মাংথ্রে। খিবা খংদ্রে অচুদগী "লাই মাংথ্রে" বারা কদায়দগী করম্ম খুংথ্র খংহৌদে কৈরোই লৈকাই অহল অত্তাং ঙম্না তিল্লবে। অদগীদি ইতৈস্মান লিলচু থিম্লুকো। খিবকা খংদ্রবদি ঐ ফম্মুদা তুম্বা ওকউম

ঙমলরেয়। অদগীদি মোম্পাক চিংথোক্তুনা য়েংলুবদা মোম্পাক মথাক্তুদা নৈরম্মে। অদুদগীদি রানা কোত্তুনা শুমাঙ তাম্না পুথোরক্লে।

ঐথোয় মুপা অনি অহুমনা লিলদুনা হাংতোক্লসি য়ানরে। অদুবু হাংকে তোরকপদা ঙাংবু ঙাংবনে, চৈবু চৈবহৌ, শ্যাপ অদগী কপনবা ফাওবা য়াওনরক্লে। করিদোনো? হায়রবু লিলদু লাইনেম্মে। 'লাই ওইরদি শিরোয়না?" ইমানা তোরন্ত্ৰু তেম্বালগনি, থংহন কিহনলুনু তাক্লে। ফরে অদুদি লাইসে চক্লু মমুংদা হাপচিল্লগা থম্বীরগে নোয় থেক তৌয়ে হায়না চক্লু মমুংদ হাপচিল্লে। অদুদগী কদায়দগী কনা কনানো থংদে মহাদেবনি হায়দুনা। চেং, কবোক, নৈশু কংলগা পংখুদা খুরুমনরক্লে। কনা কনাম্ব পেশাকাম্ব কংপা য়াওরক্লে। তাইফেং য়েংলুবদা কেরোইত নৈকাইগী মী নত্তবস্ত য়াওরমলে। মশক খংদবা হাইফেং য়েংবা য়াবা নৈশাবীকাম্ব য়াওরমলে। ফনদুম লুংঙাইরেহে পেল্লেহে য়েংবদা। ঐ জ্ঞান পোপ তাই 'ঐথোয় ক্ষেমময়ুমদা লাই অমা থোরক্লে" রা রা লাওরে, অদগী থঙ্ক-হৌদে তনুবী থরদি কংপা ফাওবা য়াওনরক্লে। অতল তনু তনা থরদি জাগাইক শাগৎনরক্লে লিল চক্লু মমাংদা। নুপীমচা নিংথিবীশিংদুদি ঐনা হেক য়েংবদা লেপপা ঙমদ্রে অমগা অমগা পকতইন্দ ইন্নে। হা হা ফনদুম লুংঙাইহে..। ইমাগা ইতৈমগদি মাইবী কোবা চেনখ্রে।

নোংস্থ অস্থম কনশিল্লকই। লেইননা মী অস্থম যাম' খৎলকই। ময়ক মৱাক্তা খুমলিবা মখুমদু কাংখৎতুনা শিলদু চোংলকই। অদগীদি মখুমদা খিতং কাহল্লগা চংল-চংলগা লৈবু ইনশিনবনে, চেংবু চেংজিনবনে, শঙ্গোমবু পৈশাবু ইনাশিন-বনে পংতৌদা তৌনরে। মীয়াম মরক্তুগী থর চায়ওম জোঙমদবা নুপা মচা অমনা "অস ইবুধৌদুদি লৈ-ও চেং-ও, পৈশা-ও জো জোমরেং মরেং লাওরম্বনিহে। নুংঙাইবা অমসু য়াওরে অকৎ অকৎপা হৈরাস্থ হেল্লকই। ঐনা পৈশা কৎপা মী মশিং থিবদা ৫৫।৪০ দি শুরে।

ঙাইহাক লৈরগা ইমাগা ইতেম্মগা ইন্দোমচাগা লারে। মরম্মা কৈদে রে করি হায়রে পকহংদা হংই। ঐ উই মাইবী লাক্ত। ইমানা চুমমে চুমমে মহাদেবনি হায়রে। ফাওরক্লে লোয়না ফাওরক্লে। লোয় চুমমে নুংঙাই য়াইফবা পীগে হায়না লাকপনি হাইয়ে। লৈস্থ কৎলগা থৌনিরগা থাদোকখো হায়রকই। অমন, হৌনে মাইবী লাক্তুবদি কৈদৌরে? ইতেম্মনা "ঙসিদি মা বত্তেনেয়। চাই তিনগী ৫বক অমত্তা তৌবা য়রেরে। অদো মাগী ওসাইদগী মশাসে ইবৈ হৈনিংদে ইফা ফাজিল্লবা কৈনোমা তৌরিবসিদি ইবুংঙোগী পাউ লাকদোবগী তৌরি আংনি কায়না হায়। ময়ামদু ভুমিন ভুমিন তাই। ঐ থংই বল্লগী বা নত্তে। নুংদাংদা নোং চুবাসদা ওন্দুনা লাক-বনি। লাইনি কাইনা অদু অদা থর ফাওদ্রেবদি দক্ষিনাদি

কায়দগী তৌরম্লনি। ঙসি নুমিদাংদি মা সুকচৎ চংথোক্তনা লুপা ২০।৩০ দি ময়ুমদা ফংরে। অতুঙ্গীনি মশাদো ইফা ফাজিল-লিবা ইবুধৌগী পাউ লাকদোবগী রা নত্তে শেল লাকদোবা অতুননি।

ময়াম চরাংনৈ। লাই তিন মাইবীগী রাতমক তানৈ। ঙাইহাক লৈরগা চকুদা য়াওরিবা লিলতু হাংদোক্লসি হায়না মখুমতু হাংদোক্লে। অদুবু লিন অমত্তা থোরক্তে। লিন থোরকত্রবদি শির জাৎল, হাইনা য়েংলুবদদি লিল য়াওরমক্রে অদগীদ লাই মাংখ্রে ময়াম রা রা লাওনৈ। কিনবনে, ঙকবনে ময়াম চরাংনৈ। হনু-হনাদি পংবপ্তা কপনে। ইমাগা ইচৈমগদি ও থোংতুনা কপথরক্লে। লোয়নননা লংজথিবা মরালবু ঙাকপীয়, চংঙাক য়াইকবা পীবিরমমু কায়না হায়তুনা পংকপতা কপরক্লে। মথোইদি থংহোক্লে শিরগক্রা থল্লবা লিলতুনা নাম্ব্রোক্লবা তাঙ্গাদা য়েংতুন, লৈবা লিলতুনা ময়াম রাথি তৌনারিবদ; অকাবা মখুমদগী তপনা লিংথোকলগা চংথিবদো...।

অঙকপনি মীওইবা কদাইদগী করিদগী মরি মথোং অমত্তা সুকশম শমদনা লাইদা হেক্তা তাঙশিল্লি। মী ইচম চম্বা শিল মপীতুনা নুমিদাংরাইমতুদা উত্রতুনা লম্বেল ওন্নকুবদগী য়ুমদা চংরকপদগী থোকখিবা রায়ীনি।

# লোটরী ক্রুরোসিস নাজনি

কপা ওমল্লমগদবা মাল্লি। ইনে মোমোননা থোঙ থিল্লক-খিবতুবু মানা ইমাগী নাক্তা কৈদৌরিবা? শুকথনকাশু হংখি। ঐনা দলান্দগী কুমথরগা ইমাদা মরম হংলুই। ইমানা "হো মঙ লৌফম থংদে হায়রগী।" 'হাইমা মঙনদি করিগা?" "হো লেটরীগী" ঙ ঐ ভাব থংতা তারকই। মোয় নুপী-শিংদি মঙদগীকাম্থু ক্রু য়াম্না ফংই হায়। মোয়না ককউবু হায়রবা হেক্ত ফাংই। হোয়নে ইনে মোমোন ওরাং লুপা চহুম ফওই হায়বনিনে। হো অদুম্থু ঐনা রান ককউ, মঙদা মী অমা লাকলম্মি হায়দা ককপদগী ফাওবনি ইমানা হায়। ঐনা য়েংলুই 'মীদা নুম হংলিদি মাগী মঙদি চুমদবা জাংলা?

ইমাগা ঐগা হোতেন্দা চা থকপা চংলি। চাদি পৈশা থিংদ্রে। কৈরম্বা ইচে চাওবী, ইনে ইবেতোন অদগী উতৈম্মা শান্তিনা লোয়না অতুম লৈরে। মথোয়না ইমাবু মঙ হংলি। নিংশিংদ্রে হায়জরবা ইমাবু নমতুনা মঙ নিংশিংহল্লি। ভাব তাদতুনা ইমানা শাশিন্নতুনা লি। মঙগীদমক ইমাবু মথোয়না অম্থুক্কী মতিক নিংদ্রে। লিরিবা মঙতু তারগা মথোয়না ফোংনি ফাইবানি কায়না হায়নৈ। অমনা লৈশাবীদি নাইননি। অমনা নত্তে, শগোল তোংলিবহুদি সন্তেলনি। অমনা মথোঙ মরি পানবনিনা ফোর নি কায়না পকহায়দা হায়। অঙকপনি তান্ন-রিবা ওাংনরিবা রাতু তাবদা নোক্লিংমতুনা ঐদি ফক্লাংদা

ভারগা নোকলুলে। ইকাইবদি লায়রদনা ইতৈমা শাজিনা চেত্নম চৈরকই।

তশেংবনি ইম্ফাল সহরদি লোটরী মিনিষ্টরনা ফজনা শেমগৎ-থ্রবা জাৎনি লৈরক খুদিং, সরক, হোটেল ওয়া মহাক্তগী অয়-কার ঙাঙা ভায়খ্রে। লোয়নদি ফজরবা অর্থ অমদি হল্লি। ঐনা শিংজমৈদা ফুরিং অমত্তা লৈগে থোরকপগু মী ওয়োক্লা চিনখ্রে। লৈশাবীমা থর খিং হেনখ্রে। চুম্মি য়াওশঙ ময়া ওইসিদা লৌরিবা জাৎনি। অদো লৈশাবী থোঙ্গু অমগী মরক্তগী অমদি "ঐদি ফোর মঙা…? ঐনা জেমিসকী চুকান তান্না হেক্তা চংলগে থনজুনা চৌংঙা মথক্তী সুপর মারকেৎ তান্না হাইগৎলক্লে। চৌঙাগী য়েৎ ওই, কন্দীগী অহাংবা মফম খুদিং পীক্লবা উপু মচা মচা কয়াদা লোটরীগী টিকেৎনা তাউ-রমলে। অদুক য়ামলবা উপু খুদিং মীনা য়োমখ্রে। মহাক-মথৈদি অমুক চিন্দবনি। ওসিনা অমুক চিল্লিবসিদি অচৌ অণাং কনা লাক্তদোবগা লৈত্রা?

ঐনা সুপর মারকেট তম্না চংশিল্লি। হাইফেতং ঐনা পরেং পরেং টিকেট য়োল্লিবশিংদুবু য়েংশিললুই। অন ভাও-শিন্নবা ফম ফমদনা চাদনা লৈরম্বা ভারি অমদি টিকেৎ য়োল-লমলে। তশেংনা সরকারসিন্থু শিংথ্রবা জাৎনি। নুংত্তিগী ওইবা লোটরি শান্নজুনা থবক কংদবা কয়ানু থবক অপাইবী অমমম পীরবা…।

ঐনা তুকান্দ চংলগা "জেমিস মী চিনখ্রেনে পোৎ য়ম্না শিংলমলনিকো? লৈশাবী পাথং, মৌ, হনুবী অঙাং কুক কুক কয়াম শিংলগে? —কদাইদগীনো মোয়শিংদি পোৎ লৈবা লাকপা নত্তে অয়াম্বনা লোটরী ককপা লাকপনি। অঙকপা মওংনি, নম্বর ফাইবত্তবু তাম্নে। ও! ফাইবনা দিমান নম্বর তারেনে। অদো ফাইব ফাওরকল্লবদি হা? মথোয়না ককলিসিবু ফাওব, জাংলা? কনা অমদি লোটরীদগী হৌবা য়াওনবে হায় অদু মুৎপদি য়াওদত্র? "হোয়দা পুক্নিসিদি লোটরীদগী থর হিংগদবনি। করি কনা থংনি ফাষ্ট প্রাইজদো পোকহেক ঐঙোন্দা ফাওরক্লবদি লুপা লাক্ষ অমদো থম্বম হেক থংলোই নোংফাদোক্তি ককপা য় ইনা? ঐমু লুপা য়াংথৈ হুম্ফুদি নোংফাদোক মাঙথোকপা কাইদেদা।

ঐনা ফুরিং লৈগে থোয়াংলহদো তোক্লগা লোটরী অমুক্কং ককতুনা য়েংগে থল্লে। অতুন হাইদোক্তুনা তা শরন্দগী ঐনা নম্বর তুগী টিকেৎ মঙা থক ককলে। লুপা য়াংথৈগী লোইনা ককপা য়াবনি কনানা থংনি ফাওরবত্রবদি? উমান ফুরিং কদায়? "কৈন্মু লোদে" নৈশিল্লি। কাওবু কাওথোক্লরে। সন্ধ্যারাইরমতুদা বোবীনা ঙসিদ নম্বর তু দা চংখ্র তমলকই। থংপ্রেক থংই। ঙরাং ভু থরা ককথি। টিকেৎ অদু পায়হনা শরন তান্না চংলে। তাদা তু চুমলত্রা? —চুম্মেনে মীনা লুপা য়াংথৈগী পুন্না ককউ হান্নগিরে ককলমলবদি লুপা চামরি

ফাওরবনি : তা শরন্নন। পৈশা শং শং থিরগা লুপা চনি পিরকই। "অস লুপা য়াংথৈগী লোয়না ককলমলবদিকো ..। লুপা কুলমতাগী টিকেৎনা লুপা চনি ফংলবা বাহ সিদি য়াম ফৈনা " তা শরন লুপা য়াংথৈগী নম্বর ৫রি তো পীরকউ।" "তা শরনা হৌরাও হৌরাও টিকেৎ শেংলকই। ঐ থংই মহাকী অনৌবা কষ্টমর অমা লাকএ সিনি। অচৌবা আশা অমগা লোয়নন। সন্ধ্যা অমুক ভাইরে।

করিগুম্বদদি নোংমাকাসে থংহোদে হৌথিবা, ভাইশিং-লকলবসিদাদি ফনা শাংবগুমলে। পুং অহুমদি তারম্বা য়াই। "বিল্ল লাক্লিবরা তাদা?" "লাকত্রি" ঐনা ভাইহাক অমুক ইনে শমাগী হোত্তজদা বেরা-চাগা থর চারে। ভাই-হৈরগা নম্বর খিন্দা চৎত্রে রা রা লাওরকই। অস ঐনা ভুরাং নম্বর খিন্সি ককনিংবনি। ফরেদা ফাওরোই হায়না.. অস ককলমগদবনি। নুমিদাংচুদা কাংবু কয়া কয়া মানা মানা ককপা মফমদগী হরাওনা নোক থেত্নুনা শেল লৌনরি। কয়া অনদি ফাওদবগী নিংবা কায়নরে। থরদি অনি ফাওত্রবমু অমা ফাওরবনিনা হৃষিল্লে কায়নস্থু হায়নে। ঐগু থল্লি হান্নসু নম্বর তুদা লুপা য়াংথে ককপগী মতম কুলমতাগী চোইনা চোয়না ককলমলবদি ফাওরমগদবনি। পঙ্খ্রেদা করে ভসিনা ভসি ওইরেদমা হয়েংদি থর চায়না ককলগে। ঐনা নৌনা পুরকপদা ভায়রিবা হয়েংগী টিকেৎশিংচু মুন্না য়েংতুনা অপাম্বা থল্লক্লে। ঐনা সিক্স অমসুং বান বু ককলে। সিক্স তা অহুম

রানদা মরি হেক্তা ককলে। মথংগী নুমিৎতম্ হন্না হন্না ঙাই-রবা সিকসতা ফাওরে। হন্না অমুক নিংহন্নরক্লে। সিকসতা থর য়াম্না ককচরমলবদি ..? রানগী মন্থংতা সিকস ককলমলবদি লুপা চাম্ব হুমফু ফাওরনি। অস পাম্বুইদা ফরে হয়েংঙৈদি থর য়াম্না করগে। তা শরন ফোরগী টিবেৎ তর অচুগা নাইনগীনা তর:পীরে। অচুবু লাইবক্তা খিবদি ঙরংগী নম্বর নাইন অমসুং ফোর ফাওদ্রে লুপা চাম্বা মুংলে।

ইনে থংদ্রেদ, পকমাংদা মাঙই। ফৌরকপদদি থরা ফাও-রমই ফনা কুইরে নুমিৎ ১২ ১৩ শুজিল্লকক্রে শুকফাও ফাওদবা নোংমগী লুপা চাম্ব চাম্বা স্থম মাঙলে। কক্রিবশিদি ইশাগী লায়রনা মগী শেল ফাওবা শেকচিল্লে। হেরা ফাওদ্রে ফাওবদি ককখিনি। ইনে ইবেতোম্বা—অপাঙবা মথুন চাইনা চাইনা ককপগী মন্থও থাজবা অমদা জোপ হেক ককউ। চুমমী ইনে ইবেতোনগী রাসিনা ফগদরা? নহানবাই ইনে মোমোনহোয়না মঙ শিজিন্নবগুম ঐঙ্গু শিজিন্নবা হোরে।

হে ঙরাংদি শংগোল অমা উই। ইচে চাওবীনা চায়বদা করি অস নম্বর সভেননে। কৈ থংনি ঙশি নম্বর সভেলদা হেক্তা লুপা চাম্বাগী ককথংকে থংনি। হে লুপা চাম্বদি য় মন্দ্রা? য়াঙখৈগী হান্না ককপদি কৈ। চুম্বা হানা য়েংখিগে। তশেংনা নুমিৎ থর লংলুরবচুদি য়াঙখৈচুমসু মাংলক্রা থনবদা রাক্ববা থম্মোয়চু ঙরাংগী শংগোলচু চুমলে। নম্বর সভেন চংলে;

ফাওরে। অদ অসিনিদনা শগোলনা জয় ওইখ্রেদনা মসিদি চুম্লেদনা ফৈ হয়েংদগী চাম্মা চাম্মগী ককলগে। হয়েংগী-দমক থৌরাংবদা অতুগৈ ঐনা ইতৈম্মা শাম্ভিবু নোক্লকুবতু কাওথোকলু ঐনা কৈথেল ময়াইগী ইনে থরোবু মাগী মমঙ হংলুরি। থরা হাইগুম তৌগুমদবা মৌ অমনা "হ'ইমা মসিগী পাথওসিমদু লোটরী ক্রুরোসিস নারেনেহে!" অদ ইকাইজেদা ঐনা ইতৈম্মা শাম্ভিবু নোক্লকুবতু নিংশিংদকই। হের, মরা পোদে মোয়না থংপোগে।

গুসিগা নম্বর সভেন চংলে অতুদি সিকস, নাইনদি লাক-লরেহে। ইনে থরোগী মওদা লল উরবনিনা লেলদি কার-নো? ফোরলা নত্তে ফোরদ লিগা মান্দে। ও; লৈরেহে আইগনি আইগতি মথেক মথেক কোম্মরদনা ক্লিকনিদনা। ফরে আইত্ত্রা লুপা চাম্মাগী ....। 'হে ঈশ্বর ইংনে থরোগী মওদো চুমলরদ মুংতাইখ্রনিদা? ঐনা গুরাং ককপা আইতত্তু ফাওরবদি তাক্টহাক তায়রবদা নম্বর তুদা ফাওরে হাইনরক্লে কাম্লেনে অদ আইতনি ককগা তু ওইকত্রা? হোইনে তু দি শিলনা খল্লবনিনা অদ লাম্না পৌরেনে। হুহে তু নিদনা। ফরে কৈদৌনি মঙ থুনবা হৈজদবনিনা। হয়েংদগী মুন্না খল্লগা ককপা হাইদুনি।

করিনো থংদেনে। নহানমথৈদি কৈম্মু তৌদে ঐনা থর ককলুবসিদা নহারোলকা লোম্না চোংথোরকএ থিংগৎলকএনে।

হে মোয়গী তাদোরেন হোয়দদি কোম্না ংোল্লে হায়কো? অত্তবু মানা কিদ্রমী? নহারোলনা অমুক ফারদি ....ঐবু ককলগুমসিন্না? হেন্না মীশাই তপ তাগৈ ককনৈদা ঐনা তাদোরেন তাম্না লাক্লে। "তাদোরেন তাদোরেন টিকেৎ খিত্তা কককে?

—এ! নহারোলনা থিংলিসিবো নং খংদ্রা? টিকেৎকা লোয়না য়োনবা কুইবেদনা তোকপা ....।

ইবুংঙো ফাগী নত্তেয়ে অশেংবনিসে" হায়রগা লুপা য়াংখৈ শৎ লানশিল্লি। মানা হাইকেৎ য়েংলগা "অস অশেংবরো?" অশেংবনি। হাইকেৎ নোক্লগা Dx/Rx?

—কৈনো Dx? Dx কায়না খায়রব্রো? "খায়রে— সিসতেম অমা তৌরে। নহালমখৈ মান্নব্রে? ঐনা মুন্না অমুক্তং খল্লগা ফরে Dx ৭ পীরকও। অতোপ্পা অমত্তা লৌররোই। তাদোরেন্না টিকেৎ অচু লাম্বোক্লগা "তাতোম্বা টিকেৎ অচু অমুক্তা শেংলু" তাতোম্বনা টিকেৎ শেংলগা থুনা চংখ্রো। ঐনা লম্বীদা চংনা চংনা অতোনবা তোন্দবা মীগী অরোনবা, তাতোম্বনা খবর য়োনবা শারগা টিকেৎ য়োনবা খল্লগা নোক্কনিংলুই। ঐনা মীওইবা খুদিংগী মপানথোংগী মাইখুম মঙুংদা লোৎলিবা অশেংবা শক্কমশিংতু লাকশিল্লুই। নুমিৎ খর ককলুদ্রগা ঙসিনা অমুক ককপসিদি তাইবা তমব্রে। নুমিদাংৱাইরমদদি ৭ দা চংলে হায়নরক্লে। ঐনা হরাওনা চংলুবদদি Rx তা ওইরমলে। অস দাউসে খিত্তদা চংলিদা, ফরে হয়েংগীদি ৩ সি য়ামনা

চিংনৈ। Rx ও দা ককলে। অসুম্না মথংগী সুমিংতসু ও অদুম লাকই অদুবু Dx তা চংলে। কৈনোনে কৈনোম তৌ-শিল্লকইসিবো কৈ থংনি। মানা কয়াম কুইনা লিংপা ঙমগনি। হয়েংগীদি হঙ্গিন হঙ্গিন Rx তা ককনি।

করি দাউনোনে সিবো Dx তা অমুক চংখ্রোনে। কৈ মানা ঙমজবা য়েংগে থংনি। Rx তা ককে। হাইস ঐনা Rx তা হঙ্গিন হঙ্গিন ককলবসিদ'দ সুমিং মতৌনি ঙংঙ্গেকো। নত্তান মথৈদি Rx অমুক Dx অমুক চংলমহৌ ঐনা অমুক্তং ফাওরগা ঐগী ঘড়িগা জেকেংকহৌ হন্দোক্লগা ফাওরগা তোক-লগে তৌবনি Dx তদা ফাওহুনা লৈরেনে। ঐ ফাওবা ফাওদবা ঙসিসু য়েংখিগে। জিন্দো কৈদাদি ঙাইরিবনিকো ঙাইজসমু অমুক লৈরগা লোইরে। ঙসিগা ককখিগে অদুগা ঙসিগীনা অমুক ফাওরক্লবদি বমদোবা? হেরা ফাওদবা য়ারোই।

করিনো ঙনিদি তাদোরেনগী হুকানসে মী চিনখ্রেদা? চুম্না থবর মতমনি। অদুগীসু মথক্তা ইপ্লোইমেন্ট নিউসসু লাকপগী মী চিনখ্রেদা। ইদুম ইকাইজৈ মীনা থবক ইনখাং থিনদনা, লাইবিক, থবর পানদনা তৌরি — ঐনা টিকেং ককুবা লুম্নি। ফোংবদি য়াদবনিনা ঐনা তাদোরেন Dx তা ও চাম্নগী "ঙাংঘং নং অমুক্তা ককউদনা? এ তোম্বা নং ককে ককউদনা? ঐনা Rx নি Dx নত্তেকো হায়। শং কক্লগা টিকেংতু শং লাম্থোরকই— ঐসু থুনা লাক্লে। হে ঈশ্বর

অমুক্তা কাওবীরোবা। যুমদা ফংঙে ইমানা ঘড়ি, জেকেং হংবনা লোইরে অমুক্তা হন্দোক্কেবা।

তশেংনা ঈশ্বরনা ঐগী রাকৎতো তারমাল্লে Rx ২ দা চৎলে। তশেংনা পঙথৈ য়োরদুদা ফাওরকপদুদদি হরাওবনা ঙমথৈ লৈত্রে। ঐগা থুনা শিংজমে হাইগৎলদুনা তাদোরেন্দা রিসিভতো লানশিল্লি। তাদোরেন্না রিসিভতু মঙোম্দগী নত্তে হাইরক্লে। এ কৈনো ঙরাং তাদনা মী অমদা ককহনদুদি "ঙুংঘৎপ্র উহৌরিবদুদি ইবুংঙো তৌয়নু"। অদুবু তাদোরেন্দো কংয়েৎ য়েংলে। করিনো ঙসিদি মাস্থু কৈনোম তৌখ্রে। অরোইবা আশাগী শেলফম ওইবনা ঐস্থ মরৈ কন্না য়েৎনরে। ঐনা নমদুনা মাগী রিসিভ বুক থাংগৎলে। অদুগা ঐগী মিংদো য়াওরমলে। রিসিভ বুক্তা Rxস্থ Dxস্থ মান্না ইরম্মে। ঐনা ঙরাং ককপদু Rx নি Dx নত্তে হায়। তা দোরেন্দো Dx নি কংয়েৎ য়েংলে। মাস্থু লুপা চামরিদুদা ঙসিদি ওম্থোক্লা চোপ্লে। তশেংনা ইথক্কীস্থ অহল ওইবনিনা শাওনিংবন। মকোক্তু থুগাই-নিংলবস্থ থর হন্থনীদুনা থুদি থুগাইবিদ্রে। অদুবু অরোইবা ওইনা "তাদোরেন নংগী লুপা চামরিদুনদি কুংঙাইরোয়কো? তশেংনা ঐ নুমিৎ অদুদগী লোটরী শুককক কক্লরোই রাশক্লে। তশেংনা মতম থরদি ঐস্থ লোটরী ক্লুসিস নারুরবনি। অদো মতাং চানা হিদাক কাপঙমখ্রে। তশেংনা ঐনা হন্না কোয়না য়েংথোরকপদদি লোটরী ক্লুরোসিস নারবা মীওই কয়াস্থ উরক্লে

ইতৈমা শান্তীদো থায়নরে হাইয়ে। ইনে মোমোনসু মরুপকী পৈশাদগী লুপা লিশিং থর শোকচিন্দুনা লোটরী ককলুবদগী পুলিশনা ফারম্লে। লোইনবা মীওই কয়া অমসু লম হেনবগী চৈরাক ফংলমদে। ঐনা মুম্না অমুক্তুং থম্বরগা শর শাংনা হোন্দোরকই। মুমিৎ ফনা কুইমে ঐনা চত্তবা ঙসি অমুক চৎপা ঙারব। হে শৈতা তাদোরেনগী ডুকান্দো হন্না ফাওবা য়েংথরোই। ঐনা প্রপ প্রপ হাইগৎপদা তা দোরেন্দো মথোঙ ইশেক শেকলদনা, ইশোক শোক্লগা, মমাই মমিং ইপোম পোমলগা রিকসোদা হাইগৎলকই। ঐনা তাদোরেন, তাদোরেন খুমলমদে। অদুবু অশাওবগী মিংয়েং অমদি য়েংলমই। ঐনা ইনে শমাদা হংলুবদদি তাদোরেন নহারোলনা লোটরী য়োনবগী ফুরম্লে। ও! মদু ঐনকা থাজিনবা মাল্লমলগনিদো আই কিত্থম কিদা ...ঐসে লোটরী ক্লুরোসিসতা হেজিল্লমগদোইদা ....

ফাগী নত্তে নখোয়সু লোটরী ক্লুরোসিস নাজনি লোটরী ককচনু ....॥

# দুত

পুক্সি অরাবা, মুংঙাইবা থোদোক কয়ানা পুন্নশিন্দুনা শেম্বা মপোক্লি। হিংলিঙৈ অরাবা, মুংঙাইবা অকিবা অমদি অঙকপা থোদোক কয়া থেংনৈ। থোদোকশিংদুনা অকিবা অঙকপা, নুংশিবা মীওই কয়াবুসু থেংনহল্লি। ঐনা পুক্সিদা থেংনখিবা অরাবা থোদোক অমা লৈখি। থোদোক অদুদা পুকচেল চাওরবা মীশক অমসু থেংনখি।

মতমদু নিংথমখাগী মমৈ ওইরকপা মতমনি। মরুওইনা শিক্লিবা অঙাংদগী পুংকক চাওবা ফাওবা কোল ডাইরিয়ানা পাক শন্না নানবা মতমনি। ঐখোয় লৈকাইদসু লায়না অসি যোরক্কুনা মুমথোং খুদিং অঙাং থিবিক ১গা ১গা লোনরক্কুনা নারমই। যুমলোম্নবা কয়াগী মচামচু হোসপিতালদা লৈনবসু কয়ানি। অরৈবশিংদি মখুত্তা শেল পায়বনিনা পুকচেল চাও-নরমগনি। অদুবু ঐখোয়গীদি মহমদুদা খ্বাইদগী কিথিবসি কোল ডাইরিয়ানি।

মতম লৈবা থিবিক ঐগী পীক্লিবা ইচন মুপীদুবু ইংহন্দনা লুম্না থম্বঃ অমদি চাব-থকপা শেন্নবনা ঐগী ইথৌনি। ইথাগী মহাক থক্রক শেন্নবদা ফনা য়ারে। উপায় লৈরক্কদা থাজবা থম্নগুম মতম লৈবা থিবিক্তা সরজুবু নাবিদবা থন্দূনতা লৈ। ইমানা নারক্কনি থনবদা য়াজরে। অদুবু লাইরইনাক খুনবা খাইবিন্নবা অমদি উপায় লৈত্র কয়াদা থোজালগী মীংয়েং

য়েংবীরবা লায়না অতুনা ঐখোয় সরজুগীসু শরুক থুংবিরম্লে।

নুমিৎ অহু য়ুমশকৈশ নুমিৎনি। ঐখোয় সরজুহু মশা শাগৎলে। ইমানা মাবু থাউকা তৈবিদুনা পোবিরি। সরজুনা কপপা অসুম হেঁজিল্লকই। অসুম কপলম্বদগী মহাক ওৎরকই ইমানা ঐবু চৈ "করি পিজক্করে অঙাংসে ?" —কৈস্থ পিজদে ঐনা খুম্মী। অদগী হঙ্গিন হনজিন অনি অহুমলক ওরবা মতুং খোং হাম্বা য়াওরক্লে। ইমানা সরজুবুস্থ নাহক্লে শেলকা পায়দবসিদা কমদৌনি ? অঙাং শেমদে হায়দনা পকঙাং ঙাংই।

ইমানা অফংবা নুংশিহিদাক, তোকমিংখোক্লচিংবা বয়া গুডুনা পীথক্লে। ফগৎলকপা কৌবা লৈরকত্রে। পীক্লবা মীৎ মচা অনিহু অসুম অসুম কুৎশিনখ্রে। পীক্লবা খোনাহু কং শিল্লক্কনা লৈকংলাগুমখ্রে।

চাওরম্বা কয়া কয়া কপ্পুনা নিংঙাই তোরম্বা খোঙেলহু অসুম অসুম পীকশনখ্রে। ইমানা "কমাইতৌনি পংহায়দা হায়" ডাক্করদা পুরসি ঐনা পংতক্কা তকই। ইমানা পংকপ্পা কপ্পি "শেলস্থ লুপা তরা কুনথক্কং খুত্তা লৈ। কমদৌনি লৈব-লৈতবা পুদবা য়াত্রে হায়না সরজুহু পোথৎলি।

চত্রিঙৈ অতুক চাওবা লৈকায়হু শেল লুপা অমত্তা পুগে ফংদ্রে। থাজদবনরা ? শিংলরোই কিবনরা সন্ধ্যাকা ওইবনরা লৈত্রবা লাইরবা ঐখোয়গী উপায় কনাস্থ লৈতে। হংতুনা কাম-ররোই খন্দুনা ইমানা সরজু পোরগা ঐখোয় অনি লৈরক মচিন তম্না থোরক্লে। থোরকপদা পাবুং রঘুমনিগী মচা জুহোংবগী

ভিপ কায়না পীক থনলম্মী। শেনজাও পায়বা মখোয়না শেল চবুন-চবুন পায়তুনা মেলা তৌরি। অউবা অরাকপা কয়া ঙকচসন্নু মতাঙুম কুম্মৈ তৌরি। লুহোংবা লাকপা অঙাং অহল খুদিং লুপা ৫/৫ দক্ষিনা তৌরি! অরৈবা মখোয়না উনাগুম জোরো জোরো চখাইরি। লুপা মঙা চংপীত্থু মরি মঙাদং লৈরবদি রাঃরিবসিদা কয়া ফগদবা গুম থল্লুই। ইমানা "ইবুংঙো সরক য়েৌনবা চংসি" রাহৈসিনা হোদোক্লবদা ঐখোয় অহুম সরক তান্না প্রপ প্রপ থোরক্লে।

ঙসাইদগী রিকসো ঙায়বনি। চিরবা তাঙ্গা অসিদা রিকসো অমত্তা লাকপা উদে। "কনাই তৌদোইবা" ইমাগী শোনথরবা খেংম্মোকনি। এ লাক্লনি ঐনা চাওখোকই। অম্মা শোন্ন-শোন্মনা থোরকগনা লাপনা রিক্সো অমা লাকপা উই। 'ফরেদা ঈশ্বর" ! নকশিল্লবদা রিক্সোত্থু লম্ফেল ফাওবদা চংসি হংলে।

—ঐ চংচররোম, মুমদা হল্লক্লবনি শাওবিনু।

-নত্তেয়ে ঙাইবীখে অস্নুক থেংলসিদা রিকসো ফংলরোই তৌবনি।

—শাওবীগনু ঐ অয়ুক্তগী চাক চাকত্রি রারৌবীগনু।

হাসি তাবদা ইমানা —তাদ অঙাংসি মাদ্রে। হোসপিটাল ফাওবদংদি থিনবিরম্মু। উপায় অমত লৈত তৌবনি। ইমানা কপ্লি কপ্লি হায়রজবত্থুদা রিকসো থোবত্থু মীনুংশি লাক্লে। মানা —ফরে লাকও লাকও ইবেম্মা কয়াম শোক্লবগে?

অঙাংহুবু কৈদৌষনো ?

—থোংহামৰিনে তাদ

—ইহে

ইমানা সরজু পোরম্বদগী লৈথোক্তুনা মতম্পাক্তা পম্মী। ঐনা সরজুবু নানবিরি। মমিৎ অহু লুরি লুরি পাংলি। ঐনা "সরজু" কৌই। পোল্লপনা "হুম" খুম্মী। অসুম্না কৌন-খুম্না অসুম চৎলি।

—কমাই তৌনি ইবুংঙো শেলসু অমত্তা য়াওদে

—কমাই তৌসিগে ইমা ?

—য়েংঙোই হোসপিটাল হেক য়ৌবগা মাম্মহোয়দা চৎকে নংনা সরজুগা ডাক্তর তান্নরমগদবা।

—কমাই চত্তোইনো অহুক লাপ্পহুবো ?

—কনদৌনি চৎপা তারেদনা নত্রবদি করি তৌসিগে ?

ঙাংনরিবা রাহু রিকসো থৌবা অহলহু অহুম তাই। লমথাংদা নোং তারক্তুনা লম্বীহু পুমনান নালহল্লি। ঐখোয়না রিকসোহু থন্দোক্তুনা নোং থুপপী। রিকসো থৌবহুসু ছাটিন অমা পুথোক্তুনা খলহুনা তপ্লি তপ্লি থৌরি। ঐনা সরজুবু অম্মুম কৌই। মাসু তপনা খুমলম্বনি অহুবু য়েলাং কৈকাই মপা য়ৌবদা মহাক মথা তানা খুমলক্রে। ঐসু পাখত্তুনা কম্না কম্না কৌই। অদগী "ইবেম্মা সরজু" হায়না ইমানা কপখৎলদই। রাহৈশিংহু তাবদা রিকসো পৌবহুনা থুপলম্বা ছাটিন অহু সৎ থুপচিল্লগা য়ৌরে য়ৌরে হায়মগা নোং মমক্তুদা মশাদো

পুমচোং চোংপমথৈ রিকসোহ্নু কম্না থৌগৎলকই। থোঙচং খুদিং কনবা অস্থুম হেন্দৎলকই। লোম্বননা হোৎস্বা খর অস্থুম চাওখৎলক্তুনা মথোল থোকপমথৈ হোৎলকই। কল্লবা মোংজু অদো মাগী মশাদগী তাম্বকপা ছমাংনা চামথোরক্লে। অস্থুম্না কন্না থৌরহুনা লম্ফেল হোসপিটাল য়ৌরে। থোঙ্গাল হেক য়ৌবগা মানা চোংথহুনা সরজুবু তাপ কোনথৎতুনা কেজুএলিতি য়োমদা পুশিল্লক্লে। ইমানা পংকপ্পা কপপি। ঐস্থু অঙাং ওই-রিবনিনা তিঙক-তিঙক লেপ লেপ লৈরে। অদগী ইমানা সর-জু শিন্নরমলগা ডাক্তরনা ইবা চেহ্নু পায়হুনা চেনথ্রে। রিক্সো থৌবহুন। 'ইবেম্ম ঙাইথো" লাওই। লাওনা লাওনা ইমা ভাদন চেনখ্রে। ঐস্থু কপ্লি কপ্লি "পাবুং কমাইতৌদোকনো? এ ইনা। লৈরিসিদি ..।

অরাকপা ডাক্তর ২। ৩ ঙম, সরজুদা ওমশিনখ্রে। মথোয়না অঙাংসি সেরিয়স ওইরে। খুদক্তা চে কলম পুথোকতুনা হিদাক গ্লুকোজ অতৈ অহেনবা কয়া ইরে। ঐনা অইবা চেহ্নু লৌই। রিক্সো ভারাস্থু পীদ্রি কমাই তৌদোইনো? ইমাস্থু লাক্লে— থল্লম্বদগী মথোল্ল থোকখ্রে। অদগী রিকসো থৌবহুনা খুত্তগী চেহ্নু তাপ মুন্দুনং চেনখ্রগা দরকার ওইবা হিদাক ঙম্মা পুরক-তুনা ডাক্তরদা পীরে। খুদক্তা ডাক্তরনা হিদাক কাপ-খোং-তুনা তৌরে। অহুগা খরা ফরগনি লোইরমদাইদা তাকললকউ হায়রগা চৎখ্রে। ঐনা "পাবুং" "পাবুং" পকহায়দা হায়। "কৈস্থু তৌররোইদা পাথৎলুমু" ইমা লাকপা কাওবদদি পাবুং ঐনা হায়।

ডাক্তরনা সিদগী খিত্তং থেংলম্লবদি হিংলরোয় হায়। হিদাক লাংথক্লশিংদো খুদক্তা ফংলমত্রবদি লোয়রবনি। রাহৈনিদ ঐনা রিকসো থৌবা অহুলতুগী তৌবিমল অমদি থৌজাল খলংলুবদা সুম কপনিংলুই। অদগী ককা মরি মতাং, চাওরবা লৈকাইগী মওংবু থল্লুই সুম পী তারকই। ঐ সুম কল্লি। ইমা লাকপা লৈতে শেলসু লুঃ ২০ থক্তনি য়াওখিবা। লম্ফেলদগীদি মাম হোয় নক্লেকো। ইমা লাক্তুদা রিকসো থৌবতুসু চংলে ঐনা ওাইরম্বদগী তুমথরুমাল্লে।

ইমানা ঐবু হৌদোরকই। হৌগৎলকপদা ইনে, মাম্মা ওম্মা লৈরমই। ইমানা "তাদ তাদনা নচাসে কল্লংনি। তাদগী তৌবিমল থৌজাল পুক্নিসিংগী শিংওমলরোয়" মাম্মানা ফরে তাদ, তাদনা ফুরিংখাওদগী পুথোক্তুনা ইচাসিমসু কনবিরমে অদো করাম ‥ অ চংগ্রবা....।

—এ ঐ ইচাগীবু য়ারে য়ারে।

—নত্তে নত্তে ভারা মত্রবসু লুপা চনিসিত্থংদি থৌজালবীয়।

—য়ারে ইবুংঙো।… ইচাসে মুংশিখ্রে। মানা ফরিবসে ফরে।

ইনাও য়ারে য়ারে ....।

মাম্মা, ইনে, ইমানা নমতুনা পৈশাহু পিশিল্লি। রিকসো থৌবতুনা লুপা চাম্মা লোথোক্লগা …

— শাওবিগনু সিনা ইচাগী কৈনোম লৈবিয়ু "পুক্নিরো মুংওাই রাইফনা পাল্লকউ"

অসি হায়রগ। সরজু, ঐবু নাল্লমলগা চংখ্রে।

চরাং চয়াংনবন্তুদা মাগী মমিং লৈকম অমত্তা হংহৌদে। ঐনা ইমা মানা লৈরিবা হিদাক্ত, লুপা চনি মুক মান্নি, তারাস্থ লৌখিদে হায়। ইমানা অহুনি ইতুংঙো লৈত্ত লাইর ঐখোয়গী ঈশ্বরনা থারকপা চুত হায়বতুনি।

ঐনা — হা চুত ??

---

# দযা অচৌবা

তল্লে লৈশত চে অহিং নংবু লোইবা থক নাইরগন্নুবা। তুমজরগে পেন্না কিজরে নুমিৎনা ঙাল্লক্রগা থোয়কদবা ময়াম। তৌবগীবুদি অমুক ওইরো নুমিদাং ওইরো ইরাংদি লেপ্তুনা অতুম থোক্লপোৎনি। শিবগীবুদি মমদা লৈরবস্থু থবক চৎ-অতুম থোক্লবস্থু অতুম শিন্নদৌ জাংনি। শিবগী টিকেৎ ঙম্না ককনরবা প্রজাশিংন্নিদা। কনানবু থাজবা ঙমগদৌবা, পাল্লিবা সর-কারসিদবে। নত্রগা ঐখোয়বু ঙাকপি শেনবিরীবা সিকাই-শিংবুদয়ো?

ঐখোয়না কনাগী প্রজা? ঐখোয়গী অধিকারনা কদায়নো কদায়দনো? মনিপুরসিদা মী অমগী মমলনা লুপা লিশিং য়াং-থৈদগী লাক্ক অনী। বাহ! ঐবু কপশিয়ো? নত্রগা কিতুনা

লোংশিরে।। ঐদি শিনিংজি হিংনিংলি। লমদমশিদা ছাত্র কয়া মথরায় মাঙখ্রে। সুপী সুজা কয়া ইজং মাংলে। লানজ্রব। কয়া কাহেল্লবা সিফাইশিংগী শক্তিনা কেমহল্লে। শিবা কিবদগী চেন্নবা তারব্রা? নৈ:ত সমাজশিনা তৌরিসিনা করি? শান্তি কৌবনা থাদোক্লম্লবা. মিতাং মিপুনতনা থল্লবা মীওইংগী অধিকার পুম্বা ফোংনা শিংনরক্লবা। সরকারনা তুমিন্না য়েংতুনা লৈরি অতুগা ঐখোয়গী মীছুংশিংনা কম কোন্দুনা লৈনরি। কনানা লাওরি কপ্পি, মথানুংদগী মুনহিরবদা মচা তেংথারি হিক্লা হিক্লা কপপি অতুগা মখোয়না ছল্লরী তাঙলবা মীওইবা অমগী পুক্সি থরায়বু লুপা লাক্ক লাক্কত্তা। কম যাম্নি থম্নি মখোয়, মসল য়াম্লবা মীওইবগী পুক্সিবু শান্নশোংলুম মখোয়না শান্নরি। অশিবতনা মাঙজরি। কয়াম কুইনা লাওথিনি কপথিনি। "তাও তাও নৈতৈ স্না কংলৈচাশা যম্না খোঙনা চংলরে লৈরক থুল্লক। নহা ওইবশিংগী থরায় মিরেল কৌশিল্লু সুপী ওইরশিংগীনা ইজং চেকশিল্লু। ইহে অমুক ঙম্ভাশিদা লাইমাং কমলেনে। সে! ঙমপোহ্নেসে নৈবস্তু নত্রবা ঐনা লৈবাক্কী রাগা থন্দনা। নত্তে ঐখোয়না ঐনা থম্রবদি কনানা থনগদৌরিবা হা।

খোংলক্লেনে শে উচেক— অতুক শাংখ্রবা অহিংতু করম্না হৌখিবনা থংহৌদে। নোংমতা পরিক্ষাগী লাইরিক অস্ম্না পাবা ঙমথিদে। তো সিদগীদি ইশাসে পুমতেক তেক্লনি। ঐখোয় ইবুংঙোছুবু হৌজিক কাওবা ছুম্লিবনি। বসন্ত অমুক্তা

হৌদোকউ ইমাগী মখোলনি। বসন্তনা প্রেপ প্রেপ চংলক্লগা

—হে ইবুংঙো হৌজিক ফাওবা তুমদ্রিব্রা? মুমিদাং কদাইদা ছুয়ানবা চৎলুবগে?

—ইবুংঙো তৌরমু নংসু ঐঙোন্দগী থম হেম্না শাথিবা নংনা ঙসি ঙন্তোগা লাক্লিবসিবো কদায়দা চৎশিগে?

—তৌরিসে য়েংঙো মানা থংলিসে।

—থঙদদি নংনা ঐনা হৌনববু করি ওইনি হা?

—ফরেনা হৌগৎলোসে —।

—ঙাইখে। ঙসিনা কয়া শিরবা?

—থংদে অনিয়া অহমলা ফোঙো য়াওহৌরবনি, য়েংলক্কে।

—নত্তেনে, ঙাইখো "থম্বি হে থম্বি থবরদু অমুক্কা পোরকউ। থম্বীনা থবরগা কোয়না চা অঙাংবা পোরকই।

—নংসিসু হায়বা কয়ক ঙাব কান্দা হেক লাকই। নহানমথৈ শঙ্গোম ঙাঙ্কা থকইপোংনি। লোইবা মুমিৎ অসিদা হেক লাকই।

—থংজরে, য়াজরে।

—ইহে ঙসিসু ছাত্র অমা অমুক হাত্তোকপিরেনে। করিনো মনিপুরসিদা তৌরিসিবো মীবু পকহাত্তা হাংহিসিবো! নত্তে মখোয়সিবু মী নত্র জাংজমী। অসুম্বা মফম থংদনা মাঙ-খিবা শিখিবা দমাদা য়াওরমগনিমি।

—ইবুংঙো ভাশান্দা তোক্লো লোয়শিনকও।

—কদাইদনো?

—ছি: আই: সি ফাওদা চৎলুসি।

—অাস ইরাংসিদা তল্লেদা

ঐনা প্রপ প্রপ লোইশিল্লি। ইমানা— "য়েংঙোই লাপনা খোৎনক। চৎথোকমু মতম কত্তেকো।

—তৌরিসি য়েংঙোনে বসন্ত লমদমসিদা ইনিংতম্না চৎচবা ফাওবা ঙমজরক্রে। নত্তে সিবো নিংঙম্বা হায়বত্তুরো হা? লমদমশিদা অশিবতনা মাঙজরে। ইনিংতম্না চৎপা, তুম্বা চাবা ঙমলকবগী অর্থ করিনো? কনানা খংনি — লমদমসিদা হেক্তা থোকলকপা য়াবা দশাগীদমক মীপাইনরে। লমদমসিদা মরাল লৈজরবা কয়া হাৎতোকপিরে, থন্নায় কয়া মকম খংহন্দ্রে। লোয়ননা নুজা কয়াগী ইজৎ থোঙ্গোইনবীরে।

ঐথোয়না নাওচাবুমু খোঙলোয় ওইনা পুরক্রে। ঐথোয় অহুম সাইকল অমমম থৌদুনা থোরক্রে। লেপ্তে শাম্বা রারী ওংপা লেপতে সাইকল। বসন্তনা

— ভাই য়েসকাসে নাম্না শেৎপা খোৎপসে কিয়ে। মোৎমল্লবমু করি অমুক মানগত্রা? ফিরোল ফাও ইনিং তম্না শেৎচবা ঙমদ্রে। তৌরিসে য়েংউ নাওচা নংনা অহুক নাম্না লাকইদুনা করিনে? নত্তে আনোকদা লৌথোকউনে পুলিসনা চিংনব তারেম্বী।

—হেরা ভাই অহু ফাওবা ঙমশিল্লক্ত বদি পাঙমত্রবা হায়বত্তুনি।

—হোয়দা থম্বায়সু থর চাওথোকপা কৈ। হেক্তা পক্তোদা তৌবা য়াপোৎহেসে আইন লৈরিবসিদি সরকার পাল্লিবসিদি!

—ভাই আইন সরকার হায়দো মনিপুরদদি থুগাইনবা শেম্ব-
নিনে কনানা করি আইন ভাক্করি ? সরকারসিদি সরকার-
নিদনা। হেরা লৈত য়াদত্তুনা মথোয় থরনা হেক্তা শেম-
শিনবনি। ঐথোয় অধিকারবু করিনো ?

—থংব্রেদা ভাই নংসিনা অচুম্বা ভাক্তা হেক হাই। অদো
ভ্রমা হেক্তা মাল্লি।

ময়াম রঃ রা নোকই। লাপনা গাড়ি ময়াম পরেং খাম্বা
উই। মী ময়াম অমা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা লেপহনবা উই। মী
অমনা উপহল্লি ঃ "তৌরেদনা ঐথোয়স্তু" শোন্নৈ। থৌরিবা
সাইকলত্তু ময়ায় লৈত্তুনা হল্লু রগস্তু অতাক্করনি। ফরে শিরগা
শিরে চংলগা চংলেদনা হায়না থৌজিল্লে। সিফাইশিংত্তুনা
মখুৎ হায়ত্তুনা থামলকই। ঐথোয়স্তু খুদক্তা থাম্মে। নাকন্দগী
অমনা "মীনা থাম্মু হাইরবদি কোক থাম্মু য়াদ্রা ?" হাইরগা
বসন্তনা খোঙপাক্না কাওশিনখ্রে। বসন্তদো উপনা কোয়লাস-
তুদা তুংখ্রে। ঐ হাইফেং উহৌই উপতুনা লৈরত্তুদা মখোংনা
নেৎশিনবা উহৌরে। ঐমোমা থংগ্রেক থংই। হাইফেং লৈ-
থোকলুবদা নাওচাত্তুস্তু কুল্লগা লৈরম্লে। মা নোংমৈ বৎনা শুগ্র-
মাল্লে। করিনো তৌরিশিবো হাইকম থংত্রিবৈ ঐগী লুশমদা
অমনা তাপ "ঐয়ে" তামো তামো। চিংলগা ঐবু লাপনা
পুথোরকলে।

—কৈনো তাম্মো কায়না নথরায়ত্তু লোরো হা ?

খুম্মু শেংনা কদাইদা চংলুইনো ?

—তাম্মা কৈনো তৌবিরিব্সিবো ? ননাও দিঃ আইঃ সিঃ দা লাকপনি ।

—দিঃ আইঃ সিদদি করি তৌবা লাকইবা হা !

—তাম্মা ইমান্নবা অমগী ময়াম্বগী লোন অমগী মতাংদা লাকপনি।

—করি মীগী ময়াম্বা লোন ফাওরগা নংনা করি ওইরদনা অা-নোকতু লোথোকউ (অশি হায়রগা শেৎ শেৎ থাজিল্লকই। ঐনা হাইক্কেৎ ভাকথোক্লগা।

—তাম্মা কৈনো তাম্মা

—"তাম্মা কায়ন" হায়রগা পকথাদা থাজিল্লকই। অহানব-দদি থর নাবোই নিংই। অদুবু মাইদা থাজিল্লক্লিবা কিনশিংদু শাওনিংবগা কিবগা নাবা মচেৎ অমত্তা ফাওদ্রে।

—হাই শেংনা খুম্ম কয়াম কূইরে য়াওবা হায়য়ুনে শেংনা খুমমুনে

— তাম্মা করিনো য়াওবা হায়বা ওন্থোক-ওন্থোকপা

—হাই নখুরাইদু থিনগাইরগা হায়গে হায়ব্রা ? নত্রগা নোং-মৈসিনা কায়খারগা হায়বা পামব্রো ?

—তামো করিনো হাবিরিদুনা ?

—করিনো নংনা অদুক মুন্নকা য়েংলিদুবু ? সি করিনো ? হা নচিন থিবকাইগু শাঙিনে। সিদা কুঞ্জবিহারি হায়রিবসি করিনো কনানো ?

—"তামো" খুমমগে তৌবনি। নংহোদে নোংমৈগী বৎ অদুনা মাইদা "ভাগ" ঐ জিং লাওই নাব্রে চিনবান মপানসিমদি

ইপং পংথবদৌনা ত্তৌই।

—হায়রুনে মসি মচিনস্থ খুমদেনেহে।

—খুমগদবা চিনশিদা থোমজিল্লক্লবদি কমাইনা খুমদোইনো তামো ?

—"হা" মসি মচিনকাস্থ খুজিনেহে

অসি হায়রগা মানা কাওবহো, থিনবহো ঐবু পংফুদা ফুরক্লে। ঐস্থ খুত্তি হনক্লে। ঐ মাবু কিবগী য়াদি নত্তে। অদুবু মানা পায়রিবা নোংমৈ (খুৎলাই) ড়ুমদি কি। করিগুম্বা ঐহাক্নি হাইবা কনা লৈরমক্লবদি ঐ শিদোক্লবস্থ য়াই। অদুদি য়াত্রি মরমদি ঐনা শিত্রবদি ইমা ইচনদি কনাগী .. ?

হুম ঐ শিবা য়াত্রি। ঐ রা ভাংক্লে অদুবু ঐনা ঐগী ইরাল অমদি অশোয়বদি থিজরি লৈতে ঐগী ইরাল অশোয়বা লৈতে। লৈরে মান্নি হমদমসিদা পোকলুহগীনি। পিরক্লিবা চৈনাশিংডু থাডবা ডম্বমখৈ থাডথি। অদুবু মিডদি পিনা লেপ্তনা চেম্বরক্লে, থাডবদা থর য়ানা খোকপা চৈনাখোলশিংডু থাড-লিবদা ঐবু কপত্রবো নাহেত্রবরো ? অস ইকাইখৈদা নুপানবো

অস কোকসে ওম্বোক্লা ডাওখ্রেদা .. ঐনা কোক্না হাইকেৎ নাল্লুবদা চোৎ চোৎ লাওবা অমা .. করিনো ? নাম্দুনা য়েংলুবদা ঈ ওইরম্লে। হাইমা কোকসে কাইরমাল্লে কমাইনা ?

—ফরেনে নকোক্ত থুগাইরবদি হেন্না থুগাইরকক্তিদৈ ভদা হায়-রকউ কুঞ্জবিহারী কনানো ?

—তাশো কুঞ্জ বিহারী দিঃ আইঃ সিংগী পিঃ এমঃ আর বাইঃ সেকসনগী কনসপটেব্‌লনি। ঐখোয় ইমাম্বহোয়না লোনগী মতাংদা মঙোন্দা তাম্নবআংনি। মহাক উনবা লাকপনি। মসিংদু কাওদনবা হায়দুনা ইশিল্লগা পুরকপনি।

—অদো নং ওস্যাইনা হাইবা য়াব্রা? ওসাইনা হায়রম্লবদি সি থোক্কদ্রা? য়েংউ অতৈসি করি মিং কৌই?

—বসন্ত

—এলাইস?

—হা?

—অতোপপা মসিং অতৈ (লাওশিল্লকই)

—লৈতে অতোন হায়নস্থ খংনবনি।

—য়ুম্নাক্তি?

—সেরাম

অসি হংলগা থোকগ্রে। অদগী অমা অমুক চংলক্লগা

—করিনো নংনা নচিনক য়াম্না খুঙ্গে হায়রিসিবো?

শেংনা হাইযু নখোয় পুং কয়াদা উরে?

(হংলিবা বাহংদু চুম্না হংলবদি কগদবনি। মসিং কনা লাওথোক্কনা হাংকে তুপকে হায়বগী মওংদা তৌরদুদা ঐ তুমিন অদুম লৈরে।)

—হায়য়ুনে চুম্না হায়বকউ নত্রবদি—।

—তাশো পুংদুদি চপ চাবা খংজহৌব্রে। তু আদগী অরাংবসে ঐগা তিন্নে। মানা ঐবু দিঃ আইঃ সিঃ চংলুসি হায়না

চৌবা লাকই। অদুগা অমাসি ঐখোয়না অমুক হৌখপনি।

—অদুগা কদায়দা চংশি কায় হায়নবা ?

—তাম্মো দিঃ আইঃ সিঃ দা।

—কৈদৌবা ?

—লোন অমগী মতাংদা

ও খুংলাইনা কদাইদা থন্নমলিবা ?

(ঐ শাই লাওই মখোয়না করিকা হায়রক্রবা ?

—তাম্মো করি খুংলায়নো ?

—নচিন থিগু কোয়না থংলপোংনি। হায়রকউ ?

—তাম্মো ঐ দ করিমতা খঙজদে। ঐখোয়দি খুংলায়গী

মরমদা করিসু শাম্নরক্কেনা ?

—কায়দেনে শেংনা খুম্মুনে কনাগী য়ুমদনোবা ?

—করিনো তাম্মো কনাগী য়ুমনো ? কনাদা করি থম্মগদৌরিনো ?

নত্তে তাম্মোনা ঐখোয়বু মম নমত্তুনা থুমহনগদৌবগী তৌসি-

সিবো কনাগী মহুৎ শিনগদৌরিবনো ? অশেংবনি ঐখোয়দা

গীৎ গীৎ নমবীরকনু তামোনা থাজবিরগা য়ুমদা লৈকাইদা

মীদা হংবিয়ু।

—করি নংনা নমিং অমা ওল্লগা মীগী লমদা শেল থায়রবা

খোংপা চংলিবদো লোইনা থংলিবনি। শেংমা খুমমু কনাগী

য়ুমদনো চস্তোইবো ?

—আস তাম্মোনা শেংনা হেক্তা হায়বিরো। করি হায়জোগে

শেল থাইয়ু হাইয়ু হায়রব্রা ? খুংলাই লোংলি নত্রগা।

লালহৌবনি সিরা ?

—মসি মীয়াম্না উশিল্লেমে। তুমিন লৈম্লুনে। ইস মচিনকা খুমমি এ ?

অসি হায়রগা ঐবু কাওশিল্লকই। ঐসু নানা নানা ক্ষমথরে। ঙাইহাক লৈরগা অমনা অমুক চংলক্লে।

—হৌগৎলু নোয় নমাম্ববা সণ্ডয়গী মুম নাক্তা করিনো ? বা ?

—তামো কনানো ? অসিদি সণ্ডর কৌদে

—করি

—বসন্ত সেরামনে

—অমসিদি ?

—নাওচা মাসু সেরামনে।

—নখোয় উরিপোক্তা লাকপনি হায়বা ?

—নত্তে দিঃ আইঃ সিঃ দনি

অদগী মানা চংথিদুনা বসন্তসু মাওচাসু কৌশিল্লগা ঐংঙান্দ।

—কুমার লাও (ঐ ঋপ প্রপ চংশিল্লে)

—করিগীনো নংনা নচিন থিহ্রিদি। মখোয় দিঃ আইঃ সিংদুদা লাকপনে হায়দাই ? মাগী মমিংনা বসন্ত হায়বা ?

(ঐ শাই লাওই। মখোয়না করি অমুক হায়বনো ? তামো অংশংবনি। মোয়না করি অমুক হায়রগে ? ঐবু ইচিন থিবা ভারদ্রে ?

ফরে ফরে য়েংঙোই জ্ঞান ভাও। মতম কত্তবসিদা নখোয়

সেয়ান তুরান অ অতু আদা য়াওগেকা খল্লুনুকো।

—কদাইদগীনোদা তাদা তৌজিক কাও খঞ্জিদা—

—হৌজিকফাও খন্দ্রি হায়রিসিবো হোরেন্দগী খন্দোয়রো ?

(মথোয় ময়াম না রা নোকই)

—ফরে ফরে চৎলো। থুনা যুম য়োনবা খোঙ্প্রো।

ঐখোয় অহুম দিঃ আইঃ সিঃ ভম্না লাক্লে। কুঞ্জবিহারীকা উরক্রে। হোতেল অমদা চংলগা ইংনা ফমথরে। ইশাসি পুমক্তেক তেক্লে। থুপ্লগা নাবগা চিকপগনা লোয়রে। ঐদি মুন্না উকাক্রে বসন্তনো মচিনকাদো লোয়না পোয়ে, মচিং নাম্মতুসু গ্রীন কাবে, মমায়হস্সু কায়রে। নাওচাপ্পু মথোঙ্তু শোক্লে। মতক্কুসু লেংবা য়াক্রমাল্লে, পৈনা পৈনা শুগৎতুনা ফায়।

—নাওচা শৈশত ঐদি শিরুবদগী হল্লক্লে। নখোয়দদি করিকা হংলকপগে ?

—খংদে ভাই কৈসু লাঞ্জবা ঐখোয়বু নমতুনা লালহৌবা তাহনগদোবগে তৌই। মরম শুকচা চদনা পকফুদা ফুই। ফুরফনি কায়না কিবদগী খরা থকত্তনা খিক্তংগা লাম্না খুমম-লবদি নহারোলনি কায়না কাপথায়গদোরিপোংদি। মিং য়ুম্মাক, কদাই চৎলুই, পুং কয়াদা উন্নে খংদে। মীবু চিংনৈ হায়তুনা হেক্তা ফুনিংবা ফুবা, ফাব ভাংনিংবা ভাংবা, খিন্নিংঙে খিন্নবা বরিনো খুম্মে ফুই খুমক্রে ফুই। ঐখোয়বু লালহৌবদোনা খুংলায় কদাই লোংলি ? খমকম, কয়াম কুইরে হায়না হংই।

অদগী কাপথায়রগে হাংকে তুপকে হায়না থপ তৌই ! থপনি হায়তুনা নোংমৈনা কন্না নমশিল্লকই। থংনা থর শু বুৎনা থর নেং ফুরিংখাওদা অমত্তু থর হাপচিন। থরকা থম্মোয় শোন্নবা মী ওইরবদি বাষ্টতুনতুম শিনি।

—থংজ্রেদা নাওচা, কুমার ঐঙোন্দদি চেক তৌরিনি হায়নবু মখুং ইশাং শাংলদনা...থংদে ঐবু নুপী ওইনা উরবজাংলা নত্রগা নুপীনা শাবাকা মাল্লজাংলা ? ইজং মাংলেনে ঐঙোন্দদি ফুরিংখাওদা চেক তৌরিনি হায়তুনা নাকন্দা কন্না মেংশিল্লকই। ফুরিংখাউদগী পৈশাস্থু লোইনা লৌখোকত্রে। ঐস্থু অমত্তা লৌরক্তে মখোয়নস্থু পীরক্ত্রে, কাওবজাংলা থংদে। রাহংমি কায়না মরি মথাং অমতা শন্নদে। সি ফুরিংসি করিগী লিংলিনো ? অদগী অকাম অপেংকা লোয়নন্না মংনা হন্টিং থুংকা তোংলদনা কয়াম ফাওরজাংনো ? নত্তে সিবা করি রাহংনো ? মচিন্না মচিন থিরিবা পৈশানা চোপপিবা, লমচৎ ব্যবহারকা হায়বা মচেং অমত্তা য়াওদে !

—অদে ভাই অকোনবগী কৌশিল্লকপদুদি বাহে বাত্তা য়াম্না ফজে ! রাকাসে তপনা তপনা ঙাংলিবা মশকতো মজদ্রা ? মশক য়াম্না ফজবগী রা নত্তে মাগী লমচৎ ব্যবহার, বাঙাং ইং লেম্বতুনা ফজহল্লি। ও ! মানা এপ্রুপ কপ্লাগুর ওইরমাল্লে। অতৈতুনা খোঙবু খোঙতেক চাওজানিংবা ঙাক্কা।

—থংজ্রেদা ভাই থরক্কা অমত্তা চংক্লগুমসি ভশেংনা ঐখোয় অচৌবা দমা অমম্লি নাস্লাক্রবনি।

অসি হায়নবগা তল-চা থব চাম্নবগা য়ুম য়ুমদা তমা হন্নবক্লে। লোইশিল্লকপদা নাওচামা ভাই মখোয়সে মতুং মনাও অমুক হন্না থেংনদবা ওইরসন্নু॥

---

## বন্দ

অস. ইহে তনখ্রেদা হয়েংদি যম্মি। লৈবাকসিনা বন্দ-বন্দ থব তৌবগীস্ম বন্দ। অরৈবশিংগীদি ফৈদে। লৈত-লায়র, নোংমগী কৈথেল লুকমাইদা নোংমগী চৱা তান্দুনা হিংলিবা ঐখোয় মখোয়গীদি থক থন্দে। অরৈবশিংনা "কনডুম ফত্তে হয়েংদি বন্দ" চান-ৎক্লবা লৈশিন্দুনা মমুমদা কুম্মৈ হরাও য়েংতুনা তেরাগী মোম্পাক মথক্তা পোত্থাবা অতুগা নোংমগী চৱা মৎপিরবা ঐখোয় মখোয়গীনা চরুগী মোম্পাকথক্তা লাম্বনা অহিং তুম্বা য়াদনা উপাক্লতুনা থাওবা ..।

হৌনশানি "বন্দ" হায়রবদি তুকান-রাকান মমল হেন-গৎগা লুপা ৫ পীরম্বা পোৎনা ৭, ৭ পিবনা ৯ হৌনশানি। বনসিনা থব নুমিৎ হমনি মরিনকা তৌগদবা ওইরগনা পোৎ চৈ পৈশিল্লি। লৈত্রে, মমল হেঙ্গৎলি। "হো লক্ষমী-লক্ষমী লাক্লে। বন্দ লাকপগা লোয়ননা তুকান্দার শেঙাও পায়বশিংগী মঙ্গল লাক্লে।

ওক্সা হয়েংদি "বন্দ" হায়রিসি কলেজদি কমদোবা হংক্ক-ক্লই। লৈবাকীনি কৈনো লাক্কবা তাবনি। বন্দন' কুংমন্দনা কলেজকসে মওং অমা তৌরে। ছাত্র থরদি কোর্স লোয়র-রোই পাখংদৈ। খংদে ঐখোয়গী রাদি বন্দসি তোয় তোয় তৌদনা পরিক্ষাসি য়ৈথোকপসিনি— ওম অপঙবা ·· ।।

বন্দনি হায়বজুদা ঐখোয় সোরক-লৈরকতু মহৌশাগা ইমান মাম্নদে। মী পুল্লপ পুল্লপ পুল্লি। লম্বী সরক লৈরক দলান পুল্লপ-পুল্লপ রা রা। নহারোল কয়ানা য়ু খুনদিদৈ, খংনরকই। বন্দ য়েংবা থোক্করকই। মহৌশাগা থক মাম্নদে। ওসিনা মেকপ থরখিং হেল্লি। কা চাদবা চাদবী কয়া ওলিদি কা চাবা থোরকপদা তনাপীগী চুকান্দো মীনা কুক কুক ইদৈ। নুমিংতু মা কা তপপদা ফনজুম রারবনি।

হয়েংদি বন্দনি হায়বদগী মথৌ খঙবা-খঙবী কয়া অমনা অমরোমদা নোংমা রাংলিঙৈদগী য়'রেক্লখি। অজুবু ওসি বন্দগী অয়ুক্রা হৌগংলকপদি ওরাং নুমিদাংগী জল্লকৈলিদো নিংশিং লকই। তোম্বনা থওইদনা "এ! ঐখোয় সাহেবনা ওরাং মোহি-নিগী সারিনা কোয়েং য়েংপজু ·· হা হা ফজখ্রেদা" ময়াম রা রা নোকই। মথা তাম্নদে। মোহিনি শার্টরপ ইকায়রপ কাদগী থোকখি। থওইবীদে মপান থোরক্লগা মাঙুম্বা মমাম্নবী লেকমিন্নবী নুপী মমাম্নবীশিংনজু পুল্লগা হেম্নজুম ইকায়বা য়াবা রারী কয়া ওফিসকী, অতৈ নুপাশিংগী অচিং অকোমঙ্গী রারীনা মুরুম মুরুম ।।

তৌবগীবুদি মোহিনি ময়ুমদা মনেম মকুগী মথাদা লৈতে। মপুরোইবত্তু ঙমলপ তৌবী মুপীনি। গ্রেদ ফোমত্তুগা চানথক্লবা শিনবদা ফনত্তুম বারমলগনি। ছরাংগী নীশা হিল্দ্রৈক্তদা মুপা মশেকত্তু পুন্নশিন্দুনা অনৌবা অলকেলিগী দমক থোরাং হৌরক্লে। মরু-মরাং, মথোঙ, মহি মনাইনা লৈতেংবা।

মথোম্ম মশেল শিশা পানথংনরক্লগা পকঙাংদা ঙাংলৈ। বসম্তুনা লোন কাইরপ তৌনা "ঙরাংনা ঙরাং ওইরে। ঙসিদি মোক্তিমী নঙ ঐগা লুহোংলসিদনা।" নত্রগা রোমা লনদোনিরা হু। মুপী ময়ামদা রা নোকই হাইমা 'হকাই থংদবা"।

তশেংবা বনদ নুমিংত্তা থোকপা চুম্মে। তা চাউবগী লুহোংবনা কমদৌবা। রান খিঙবা মুপীনি। ৭ রক হায়নবদা য়ারকপনি। ঙসি বন্দ নুমিংত্তা রানা লুহোংবা তাবনি। বস, গাড়ি, কার, (লুহোংবা) চাওনা চাওনা থাত্তুনা থেংলি। নুজা কয়াদি বন্দ নুমিংত্তা লুহোংবা চংত্তৌরে হায়না হেম্মা মথেগ লাংনরকই।

অরায়বা অচিবা ঙাঙানি। থরনা বন্দা নমা থাংত্তুনা য়েক্লবদা লাপ্লংহৌই। লমন শিংহৌই। বনদ লাকপগা লোয়ননা, বনদ পামজগা থরায় য়াওজবা য়াওদবস্থু নত্তে। চুপ্পা মোম্ম বন্দক মরি লৈনপোংতে। অত্তুবু বনদ নুমিংত্তা অরাকপা ওফিস কাবী মুপী, মৌনহা, লৈশাবী লৈথোম, থাউখি হৈজিনবা, গাড়ি মুংশিং থাদোকপা, শক নুংশিদবা মীশিংদা নুং থোমজিবনচিংবা তৌনরকই।

অকনবা বন্দকারিশিংনা গাড়ি অমগী মখোল তাবদা পুলিস সিফাই ওইরবোই নীংডুনা পায়ডুনা চেনগদবে তৌই। মখোয়শিংডুগী মরক্তা সুমিৎতুগী য়াহৌরকপদা দাউ য়াদবা মঙ সুংঙাইতবা কয়াসি সিফাইগী চৈ চাখিদবা নত্তে। লিচৈগী মহাওদা বনদ খঙতন তল্লি।

বনদ লাকপদা সিনেমা হোলশিং, হোতেল, রেষ্টুরেন্ত কয়াগী মপুন্দি লৌশিংদা মাঙনৈ। য়ামদ্রবদা সো অহুমনি। মী ৫০ লৈ। অপঙবা প্রজা কম্নাদগী ফম্না লায়না তান্নবা শেল ঙসিদি ফংদবা তারে।

বনদ পুং মঙা ফাওবনি। পুং অহুম তাত্রি। থরা থরা য়াম্নমি হায়না মী থরা থরা ডুকান হাংনরকই। অঙকপনি পুং মরি তাফাত্রি ময়াম চংডুনা বনদ লোয়শিল্লে। লোয়শিল্লব-নিনা ঐমু বনদ লোয়শিন্দুনা থোক্লে।

# ভোটকী লাইফদিবীগী হিদাক

ঙসিদি য়ুমদা হল্লকপসিদা লৈরক-খুল্লক, ঐখোয়গী লৈকায় ইমান মাগ্নদবগুম তৌই। ইনৌ নৌথোকপগুম ফাওখি। ঐনা খনখি করিগীনো ? কোয়না মুন্না তপনা য়েংল্লুবদদি উরকখি। য়ুমথাং খুদিংদা, খোঙ্গান খুদিংদা, লৈরক্তা দুকানদা হোতেন্নদা উখি। হরাওবা, অশাউবা, অকাওশাবা হৈনদবা ওনবা, কিবা। অয়াম্বগী বাখলদা লুপা ১০০/২০০ দগী ১০,০০০ ফাওবগী মমি তাই। অসুম খন্দুনা ঙকচান্নরিঙৈ ইখং খংহোদনা অতিয়ারোমদা য়েংখৎলুবদদি ঙসিদি হাংলবা অতিয়া ভোটকী মচু তরেৎকী ফিরালনা থম্না শাংলমলে। পরেং নাইনা লৈবা ঐখোয়গী য়ুমশিংগী থোঙ্গাল খুদিং চাং মান্নানা শাংলবা বাশিংগী মতোন্দা ভোটকী মখল কয়াগী মার্কাশিংনা জংগোয় শারমলে। লৈরক্কী নাক য়েঙ্তা য়ুমশিং য়েনখা লুখা পুম্বা মরাং তুরাংবা মচুশিংগী ফিরালনা ঐবু সলাম তৌরমলে। ফন্তুম নুংঙাই খোঙথাংসি "কদম ভান .. ।" ইশামকসি মিনিষ্টরগা ওইরবোই নিংল্লুই। ঙকসে হাউফেৎ থাঙ্গৎলু—ভাসনগী তৈয়ারি শাগংল্লুই ইহে পাবু পাখৎল্লুই। ইকাইজৈদা কন্না কনা উখ্রবা ॥ অসুম চংলিল্লকপদা লৈশাবী থরন্না পংখত্তা খৎলি। ক্না তুকানতুগী মনাক্তুদা করিগীনো ? খললুবদা উরকই। সরক নাকন্দা পাখং থর পোজ তৌদুনা

লেপলমই। উবদা শ্বাই লাওই। ইলাইজা টেষ্ট ময়েক শেং লকই। মনাক্তা বস অমা থামলমই ভোটকী। জ্ঞান লাকই। ভোট লোয়রগা কয়ানো চেনগদবা কনা-কনানা লুখ্রা ওই-দোয়রিবা — এইদস পক্কদৌরি? অসুম চংশিল্লবপদা, ইনে থোইথোইবীহোয়দা য়াম্না লাংই। মনম সুংশি সুংশিবা মনম য়াম্না থাদোরকই। ও! টি-পাটি। পুজারি পাথং নহাদো লৈশাবী তগং তগং তেকপা মরক্তুদা জ্ঞান মাংই। হুমাং কাংই। হরাওবনা মোরোক শাই। খোঙথাং থরা থাংজিল-লকপদা লম্প্যাক মচিহুদা য়োয় ৯।১০ কোয়না থাবল চোং-লমই। ময়াইদা প্লাষ্টীকী প্লাষ্টীক ডাক্তা। মনোন ফাই অদগী ফি খোংদবা রা ডাক্তা অড়ুগী চুপ-দাপ ফুনরকই থংনকই। সোরোক মতাই মতাইদা পান চুকান মানবা পোল্লিংনা শৌগ্রী য়ুংবগুনই। মথো লৈতব ঃ পীক খল্লি। হেক থংনবা লৈরক-তুদা ইনে থরোগা থম্বালগা ওস্তোক্ক কন্না থংনরমলে। চীন্দগী খুং-শম, ফি ফাওবা শেংনৈ। হরে কৃষ্ণ বৃন্দাবন বৃন্দাবন ভোটকী থংনরিবা। মপুরোইবা চোংথোক্কে। পাম্বোম পাম্বোম লৈথংনৈ। ফুগায়নৈ অস মতু নিংইদা অড়ুনি তস নুপা হায়বসিদি। ইহে মখোয় অনিদি মচিন মনাও নত্রা? ভোটকী কায়নরে ঃ ইনে বস্তুগা — তবোপপীগসু চংনদ্রে। শম্বলগা থাজিন্নরমম্নে। ঐনা লোম্না তাই। য়ুমথংনবা অনিহু থৌ তৌনবগী মাইবা নুমারসু ফারে হায়। করিগী থৌনো? ভোট-কিন্নিদনা ইহে সুম চংশিল্লকপদা মী ময়াম অমা লাকই।

হাউস কেম্পেন! পংলাং লাংই। মিথাই য়েল্লি। থংলি কা চায় থংনৈ নকনৈ—থেংজিনৈ শোয়নৈ। অয়াবনা ভোটয় চন্দবা ভাক্তা তৌই। ভরাং নহান লুহোংবা কুইজ্রিবা মৌ অনৌবী হায়বা জাং লোইনা য়াওয়ে। লৈশাবিসিং শিংশাহু চুবকই। মশা মউ ফরা, পাম্বোম চাওবা, মতু চোম্বা, মকোয় জোম জোম চোম্বা পাথং তেক তেক লাওবশিংহু উবদা মতু চুংনৈ। উপায় লৈতহুমা ইনথংলক্লিবা মৈ ঈশিং থংজ্রিবা কিংজ্রিবী নুপীমচাশিংদুদা "ভু-ভু"। পাখংশিংদুদা ওন্নশিনদুনা গো গো খোংই।

মশক মতো ফজবা, মশা তনাপ তনাম্মী হুইশিংহু উবদা পমনিংলহুনা পাখং মচাশিংদুনা অহাও অথুম ভাম্মোক লৈবীহুনা ফাবী থেম্মী। অদুগা মুংশিনা নানবী॥ ঐ থেংনবহুদা ভোট খোমজিললকই। লৈশাংবী থয়না মীৎচি থংলকই। পাখশিংনা শক তাথংলকই। অকনবা রাকয়হুনা খোন মেংথরকই। অহুগা কেন্দিদেটহুনা থুরমশিল্লকই। আস! হৈনদেহে এজেন্ট মিং চনৈ য়োম্নৈ-লৈনৈ। থাগী তলবলা নত্রগা ফুরিংথাওগীদমক চংনগদৌরিব্রং? এজেণ্টকী এজেণ্ট ভাক্তা রাকয়গী রাকয় ভাক্তা। ময়ামহুগী মরক্তা নহা ৭/৮ না পুনশিন্দুনা ভোট লেপপা কেন্দিদেট থুদিং চৎ চংতুনা লুপা ৬০০।৭০০ লোইনা লৌবগী প্লান য়াওরি। অহল থরমা মচা মচাহু ভোট কাগদবা মানবা মীরেপতা মথি চিংপমথৈ হোৎনগদবনি। ভোট কারগা থবক মতৎ মচা অমা ফংনবা। থাংলু থাংলুবা খোঙখাং

খুদিং লৈথোম, জুং, লৈঙোয়না ক্রিক-ক্রিক ত্রাক্কিক জাম থোকহল্লে। ভোট ময়াগী খোঙবান মতং মতং চনবা থিকাদায় শোরেনশিংগী। অতৈ হায়নদে চাথোকপগী, লোথোকপগী, জুবানবগী, মীনম্বগী পীক্লিকী। ইরাংগী ইরাং ঙাক্তা, ধপ কদর বাহ বাহ॥ রাদি ঙাংজদে তুমিন্না য়েংই, তাই যাঙই ভোট ময়াগী অপাইবা লৈচিলগুম্বা থম্মোয়! চহী মঙাগী ইশাগী মীহুৎ থনবদবু শেলনা ওইজ ওইথক্লা নমহৎপা ওম্বা রাথলোন অমদি ইকাইবা থংদবা মায়থোংশিং …। মশানা মশাবু মমল ছুন্নরিবা। অহুক চাওথ্রবা ইথোদাংবু শেলমা ছুমহন্নবা? রাথলশিংসি থন্ন থন্ন অহুম চংলকপদা ঐখোয় ইমুংদম্ভ ইরাং লাংলমই। ময়ামদো মতৈ পংয়েংতা য়েংলমই। ময়ামহুবু রায়েন লমই। চহি তরুক্তা ঙাইরিবা ভাগোগী মচানুপীতুনা।

ভোটকী ভাসন পীনরকই—মথং মথং। "ঐদি সনারেদা থাদগনি" হমানা। বাবানা "ঐদি হঙোয় য়েকপা মার্ক দা থাদগনি"। ঐখোয় থোমাসনা "ঐদি লৈশাবী অমা লেপপতুদা ঐখোয় অবোক্ল হায় "ঐদি হনুবদে; মাস্থ কাস্থ কাস্ত্রে, হন্দক্লা লোয়রে। তামোনা "ঐদি লুপা ২০০ পীবা মীদ"। ময়াম্না পংহায়দ হায়নৈ। মানা মানা অনিংবদু ভেমোক্রেসিনি ময়ামহু রাভেশ্বা য়ারক্তুনা রাতেমম্লিবা ইচানুপীতুনা" ঐখোয় ইমুং থংনবগী হয়েং মনিপুর বন্দ" অদগী খাইদগী অহল ওইরিবী ঐখোয় অবোক্ল। "হয়েং বন্দ ওইবগী হংচিন্তি ছুটি" লাও-থোকখি। কমিনোনে? ঐখোয় ইমুং, লৈকাই লৈবাকসিনা

ওইরিবা মতৌসিবো ? হিদাক অমত্তদি পীবিমু ঐগী হাপৎ-চরিবসি ফনবা। ভোট থাদনবনা ফগনব্রা ? নত্রগা পিদবনা ইংলগব্রা ? অফবা সরকার অমত্তু কৈস্থু লাক্লরোম্লদমদ ...। উমপীনি। সরকার মরা লৌদে। চহী মতাগী তাংলবা অধিকারনি ...। অচৌবা শেল চবূননা কৈজরসনু হকচাং অদুবু পীগনি ঐগী ভোট খমোয়না তানা মতিক চাবা মীরেপ্পা অদোমবু করি থনবিরিবগে। শেলনা মীওইবগী থমোয়দু— আখ্যাবু, হাবলবু হোংহনবা ঙমলগব্রা ? হোয় শেলনা ঙম্বদা চংসিবা মথৌমদুদি থরায় পান্দ্রবা লাইফদিবীগুম্বনি।

## লম্ফেল লাইরেম্বী ওকুরুবদা

নুমিৎতু থাংজা গুমিৎনি। চত্তবা য়াদবা থবক অমদগী অহিংতুমা লম্ফেল হোসপিটালদা লেকপা তাখ্রে। ইচে অমগী অত্তাং উনবগী। চাউবাক্লা নুমিদাংগী পুং ৯'৩০ তাবদা ইচেদো মুপীমচা অমা উত্তরে। ময়ামদো করম খোক্লগদবা হায়না মীপাইনরম্বনি। তেক্ত কাইদনা লোয়খোকপদুদা ময়ামদো জ্ঞান তানা শবর হোন্দোক্লরে। মুপী অত্তাং নত্তনা মুপা মথৈদি লোয়না হোসপিটালগী রাড মনুংদগী তাম্লোকই। মনুংদা লেকহন্দে। ইমানদি ফক কৈজুপ পুখ্রো হায়। অদুবু নুমিদাং

অমথক্তুবু অমুম লেল্লগা হায়না লৌদনা থোরক্লে। নহান-মখৈদি অহিং হৌখিবা খঙহৌদবনি। অদুবু মুমিৎতুমদি অহিংদু লোয়বা নাইক্রে। অহিঙদুদা লেপ্তনা হেক কোয়চৎ চৎপদা হোসপিটালদু থুংদবা লৈত্রে। অঙাং পোকক্ষমদগী য়েনথ. লুখা, ওক্রো থামফম, সুভ-লাভনচিংবা। চৎপদা জাং জাং থেংনরে। হন্দকা মচা ১২ শুরবী মুপী অমসু থেংনরে। অদগী কেজুএলিতিদা নোংমৈনা কাপলম্বা নহা অমা, হ থকলুবী নুপী অমা অমদি গাড়ি থেংজিন্নবদগী শোকপা কয়া উরক্লে। অম্মুম্মা মফম অমদা ঙাইহাক লেপ, মফম অমদা ঙাইহাক উই অমুক চৎ অমদি নাইট হ্যাপ্তি তাবা সিক্রাইশিংগা রায়ী থরা শাদুনা লেপ্লে। অহিংদে লোইবা নাইক্রে। কনা থেংজিল্লক্লে। নোং ঙানবা কৌক্লে। ঐনা খল্লি পুং অহুমনুক্তং তারকখিসমু রাকিং ওইনা অতুম য়ুমদা হনগে খল্লি। য়ুমসু পংথাপ থাপ্তে শিংজমৈদনি।" ঙাইহাক পল্লবা মতুংদা ঐ অদুম অমুম থোকলকই। চাবোকক্ষমদগী অমুম নাম্বোরকপনা গেট, লম্বী ললাম্বুং মখোঙ মথং মথং য়োরকই। মুমিংতো মৈলাক্তে পুকমম মমই। নোংমু থিংলি থিংলি তাই। মরক মর[illegible]া নোংথাঙ হেক হেক কুপখি। খঙহৌদনা "গ্রেড" "গ্রেণ্ড" খাকলকপদা খংপ্রেক খঙই। হুইশিংনা হেক হেক পুন্না লাক-লাক্তুনা খোংতৈ। ফিভমসিদা ঐ ললাম্বুং মখোঙ অহুরাই য়োরকপদা তু থ্যাও চুংই ইশাসি শায় লাওই। ঐ খল্লকই " ঐবু অমুক হন্না হজিল্লসিরা? হেয়া অম্মুক

রাবসিবু থর রাজরবস্থ মুম য়োরগা নিংথিনা পোৎথারুগে থম্ম হেন্নত্নম খোঙথাঙ প্রপ প্রপ থুজিল্লকই।

কম্বনা লম্বীত্নু শেংনা উদে। মিং অনিসি কাক কাক্নুনা লখীত্নু মাত্নুনা লাকই। অস্নুম লাকপদা নাগমপাল মপা য়োরকপদা লাপনা মুপী অমা তপনা তপনা চৎপা উরকখি। ঐনা খল্লি এ! বাকিং চংনরে করেদা। ঐনা ঘবিত্নু থাঙ্গৎ-ত্নুনা য়েংলুবদদি নোংয়াই পুং ১২ চপ চানা তারম্লে। এ! অরুক ঙনবশিদা পুং বারো শাই লাওই। ঐনা মুম্না লাক-শিনলুবদা উরকখি। মাঙদা চৎলিবী মুপীত্নু থোইদোক হেন-দোক্না বাং চাউই। রাওরি রাওরিনবা কিজোল অমা শেৎপ-গুম তৌই। খোঙকমত্নু কল্লপ চংলি। "ঐবু লাই, হেল্লোয়কা ওক্লরব্রা শাই লাওই। "করে শির শি চঙল-চঙ মী ওইরে। লাই ওইরো; চঙশকলবলিনা থেংনরনি" হায়রবা রাখলনা অচেংনা কিরেপ ওইখি। ঐনা খোংথাঙসি মঙোল্লোমদা প্রপ প্রপ থুগৎখি। মী অমা লাকপগী শক্নমত্নু কংবদা মহাকস্নু খোঙথাঙত্নু থর খিৎ থুগৎখি। ঐনা তুমিন্না চপ লেপ্পগা তপনা তপনা চৎখি। মত্নুদমা মাস্ন তপনা তপনা চৎখি।

ঐনা থল্লকখি। "লাই ওইরবদি তাম্নবা গুকঙম ঙমলোই হায়নবা। করে অত্নু ওইরবদি মসি মীরা লাইরা থঙলগে হায়না লাওখি। 'হে ভাইখো—ও লাওত্নুনা কম্না চেনশিনখি। অদগীদি মুপী অত্নুস্নু হম্নকাও য়েংলমদনা কম্না চেনখৎখি।

ফনা নক্না ঐগী নুপীদুবু ফারগে হায়না লাও লাওদুনা চেন-শিনখি। অদুবু নুপী অদুনা লৈরক অমদা শং লৈশিনখিদুনা মাঙখ্রে। ঐনা লৈরক্তুশিন থুংনা থির ফাওবা থিবা ফংখিদে অদগী য়াম্না নমখিরবা মনাম অমা নমলকখি। মতুদা ঐনা "এ! নঙদি লাই ফত্তবনিদনা হা। কৈফে নঙ ফাগে তৌবনি, নথরায় কনজহৌরে" কায়না কদায় কদায়দৈ থোরকপা রাহৈ থরা তায়রম্লগা, তিন অহুমলক শিংতোক্লে অতুগা খুবাক পোপ পোপ অহুমলক খুদোক্লগা মকমতু থাদোক্তুনা প্রপ প্রপ য়ুম মাইকৈ পাংলক্লে।

চংলি হায়বা মঙায়রে তুগদৌরবা হকচাংনি। খুদিকা থিরবদি রাম্বরগনি। তুং চন্না য়েংলমক্রে তুংদকা হৈরমগন্রা লামলকদা থল্লুবদা শ্বাই লাওই। চম্বীদুদা জগৎকী ঈশৈ মথৈ কন্না শক্কুর্না লাকলে। ফনা শাংথ্রবা লম্বেলনি য়োবা থংহৌদে। অমম্বা খোংনাং তোর্বান মুম্না মুন্না য়েং, হে কনানা থোরকউ লোয়শিনমিন্নরসি হেক হেক লাওরম উচিন নাচিন য়ুম য়োরক্লে। মাঙ্গোল য়োরবদা খোঙদা চোংশিন্দবা থঙহৌদে। ইতৈমবু কৌথোক্লগা মৈ ওথোক্তুনা তুমনবা হোংনরে।

য়াহৌরকপদা ফনা থেঙলমলে। ফমুংদগী ফাক্লি ফাক্লি হৌগংলগা থবর য়েংলুবদদি অহানবা লমাইদা "নাগমপালদা ওরাং অহিং অথেঙবদা য়ুপুরম্বী নুপী অমা ফারে" ঐ জ্ঞান পোপ তাই। ওরাংগী হেল্লোয়দো "লম্ফেল লাইরেম্বী" ঐনা ওক্নরকপদো ...।

# মকশিললাবা মমি অমা

কৈনো ? · মখোলত্তুদি ! ইহে নোংমৈ মখোলনি। তোয়না তামন্দনা মসি কৈনোম তোয়েনেসে। তো হয়েংদি খবরগী থোঙদা কাপথংলম্বগী, শিরম্বগী, হাৎলম্বগী পাউ তাকনা থল্লনি। হোয়দা খবরদা পাত্রবস্তু সোমদা ওইরবদি ·· উম কাখি-পুরদা শোয়দনা CRPF না লাঙদবা পাথং অমা নত্রগা য়াওল্লুপকী মীওই খরনা হাৎলমলগনি। লাল্লিরা চুমল্লিরা নত্রগা মরাল লৈবা মীওইর নত্রগা লৈতবা মীচম্মা..., অশিবা মহাকথক্তুমক্কা মাঙম্লরগনি। খবরগী থোঙদা শোয়খিবশিংতু ফুপশিন্দুনা মরালগী মথেল শাগৎতুনা হোল্লক্লবদা শিপ্রবত্তুনা অশিলমদগী কুমথরক্তুনা থক শেংদোক্লরোয়। শিপ্রবত্তুনা লাল লবনি নত্রা ? হুইদম্ভু লৈমিন্নরবদি হৌদোংগী শাজং খংবনি। অমদি লৈমিন-চামিন্নত্তুনা লৈরিবা মতু মচা, মমা-মপানা করম্বা মচাগী, মরাগী মরমচং খঙলমলোয়। অত্তুগা করিগী শিপ্রি-বত্তুগী মরাল করিনো ? হোয়মি অত্তুনিনে মহাক মরাল লৈ হায়রেদবা। প্রমান লৈতে। হৌজিকী মতমদদি শিবু শিরবা লাপ্লে। হোয়দা কৈ, মরাল লৈবা মীসিদি হেক্তা হাংকদবনি অত্তুবু হাংপতনা অমত্ত, ডাইরবা উপায়রা ? এখোয়বু তাকপী তম্বীরিবা ওজা-লাইগুরু, য়োকপি থার্কপিরিবা ইপা-ইমাস্থু মরাল লৈরবদি শোয়রবদি হাংপা হায়বসিবু চুম্বা ? মীওইবা খুদিংবু লাইরো ? অচুম্বমক তৌবা উমলোই শোয়দবা উমদবা

মীওইবনি! অমুমনা অমুম হাৎলবদি চহী চাম্মমুক্কী মতুংদদি মৈতৈদি মুৎথিববু ম্নারেনে। মমমদি মীওইনা হিংবদা ওইদবা, নমথাক, হুয়ান চিম্থি থরদি তৌবা তাই মরাল লৈবা মীওই তাবনি। হিংবদা পুক্নিদা তাং মচা মচা চংই। মতুম্মু মরু-ওইনা নুপা ওইবশিংগী মতাংদনি। সিদগীদি মতুম্মু হাৎপা তাবনা চহী থরগী তুংদদি নুপা অমদা নুপী ১১/১২ থুংবা তাবনি। ময়ুম পানবা থংদবী নুপী মশিং থিনা হেঙ্গৎলগনি। নুপা মুম্নবদা লাঞ্জাও অমবু থোকলবা য়ানা লৈরেনে॥

য়াওল্লুপশিংনা মীবু (মরাল লৈবা) অমুম হাৎপা হেন-গৎলগা হেন্না মাংহল্লিবশি প্রজানি। অমুম হাৎলকপনা শিবা কিবদগী অমোৎপা, অরোনবশিং থক হম্বরক্লোয়, হেন্না হেন্না শাথিবা লগী, হেন্না অরোন অথুপ হেনগৎলক্লনি। থুদম ওইনা ত্রগ চাবা থিংনবনি হায়রুনা ত্রগ চাবা মীবু হাৎপা, দন্দি পীবা চৎথরগা কিবদগী চাবা থকপদি তোকলোয়। হায় কিবদগী মতম থর তৌশিন্নবা য়াই, থক্লোই অতুবু থর লৈরগা হেক্কা হান্নগীতুদা হল্লিলক্কনি। অতুদি করি তৌনি, মীপুম খুদিংবু লাইরিক লাইস্নুগী জ্ঞান পীরুনা মাগী মাগী চান্নবা শিংকম ফংহন্দুনা মথৌ চিলহনবা ভাই।

ফরে লাইরিক লাইশু হায়বগী নতাংদা মথোয়গীদি করি মত?

ভাইথো য়াওল্লুপ অদুগা য়াওল্লোয় হায়বসি করিনো? তশিংনা য়াওল্লুপ হায়বসি 'নুমিৎ থানা লৈরিবমথৌ, চহি কুমশিং

থিঙমমনা হৌগ্রবমু, লেপপা লৈজনা চোংথোরকদৌরিবা, মতম মতমতুগী অহোংবা কয়াগী মতুংইন্না, অশোয়বা কয়াবু সমাজগী অমদি প্রজাগী য়াইফনবা মায়কৈদা মওংদা চুমথোক-তুনা অমদি শেমদোক্নুনা য়াইফবা পুরকপা পাম্বা মীওইশিংগী সংস্থান হায়বনি”। অদুগা য়াওল্লুপ অমবু শেমগৎপদা য়াও-রিবা সমাজগী য়াইফনবগীদমক্ত কৎথোকপগী রাথল চেল্লবা মীওই অমমমবু থওনে। অমদি ক্লব, লনাইগী স্কুল, কলেজ অমদি অতৈ সংসথান ওম্ব য়াওল্লুপ তারে-?

মাগ্নি। মসিগী মওংদ হায়রগা য়াওল্লুপ চাওরাক্লা অনি থোক্লা থাইদোকপা য়াই।

অহানবদা: সরকারনা য়াবা, মপক থওবীরবা য়াওল-লুপশিং। খুদম স্কুল, ক্লব, অতৈ লনাই সংসথাননি।

অনিসুবদা: সরকারনা য়াদবা য়াওল্লুপশিং খুদম ওইনা নীংথা তম্বগী লালহৌ হৌদুনা মীচেন ওইনা অরাবা খুদোং-শিবাশিংতনা মপক্রক ওইরবা য়াওল্লোয়শিংগী লুপ্পুনি।

অদো মথোয়বু সরকারনা য়াদবগী মরম করিনো?

—তশেংনা মসিগী মওংদা করিগুম্বা লৈবাক অমগী সরকারনা মীপুম খুদিংদা পীরিবা অধিকার অমদি নীয়ম কাংলোনগী পওথে লাম্না চৎপা অমদি মথোয়দুনা লৈবাক্কুগী অপুনবগী শক্তমদা শোকহল্লক্রবদি মথোয়দুবু সরকারনা মশক থওলোয় য়াদবা সংসথাগি হায়না লাওথোকনি।

অদু ওইরবদি সরকারনা য়াব্রবা য়াওল্লুপশিংগী পম্বুং,

দাবী পুম্বা লাল্লি খসিরা? হায়বদি মী অমা ওইনা পোক্লবদি মীপুম খুদিং নীংথা তম্বা হায়বসি খুদিংগী অধিকারনি। মী-ওইবা অমা ওইনা ফংফম থোকপা অধিকার অদু তানববু লালত্রবে....? নীংথা তম্বগী অধিকার তানবা, নীংতম লালহৌ হৌববু লালত্রা?

হোয় অচুম্বনি। অদুবু অবানবা থরদি য়াওরি। হায়বদি মীওইবা হায়বসে পুম্না হিংমিন্নবা জিবনি। মীপুম খুদিংগম্মা মানা দরকার ওইবদু ওম্না মশামক্কা পুথোকপা ওমদবনিনা অপুনবা অমগী মথাদা পুম্না হিংমিন্নবা তাই। অমরোমদা নীংতম্বা হায়বসি মীশক অমনা তৌনিংবতা তৌবা য়াবগী ৱাফম নত্তে। মানা তৌরিবা, পাওথোক্লিবা থবক্কুনা অতৈ অতোপ্পা মীওই অমদি জিব পানবদা অকায়বা পীত্রবদি, শোকহল্লবদি মহুবু অশেংবা নীংতম্বা কোগনি। হায়বদি অপুনবা লৌপুন অমগী মথাদা লৈরিবা অপুনবগী শক্তম কায়হন্দবা হায়বনি।

হায়বদি তোথায় তানা নীংতম্বা ফংনবা তান্নিবা অকনবা লমদম অমগী য়াওল্লুপশিংনা নীং-থা তম্বা পুরক্লবসু মদোম লেপচবা ওমরোই হায়বগী অর্থরে?

মদুদি নত্তে। মদুগী চপচাবা পাউথুমদি ওইররোই নত্রগা ওনলরোচ থংলগম্ম নীংতম্বগী লাওং চংগত্রা! হনবা লৈখিরোই মথম্মোয়ক্তংদা অমনা অমগী মমিদি শোয়্দনা তা-ৱমগনি। ফমে অদুদি করিগুম্বা লৈবাক অমদা য়াওল্লুপ লৈবনা লেতবনা কয়ি মাংজবা তোংজবা?

মুম্না তাও পৃথিবীদা অরোনবা সরকারনা য়াত্রবা য়াওল্লপ লৈতবা লৈবাক লৈতে। মরমদি লৈবাক অমা লৈবা তায়বদি সরকার অমা লৈগনি। সরকারগী অশোয়বা, অমুকপা করবা অথিব লৈগনি। অদু ওইরবদি মখোয়বু য়াদনা, শেমদোক্লবা শিংনবা মীওই কয়া অমদি মখোয়গী লুপ কয়া শোয়দনা চোং-থোরকনি। মপানগী সরকার অমা লৈজরবসু মমুংগী সরকার অমদি লৈগনি। অদু নত্রবদি অককনবা সরকার অমগী ওপনম শাসন কয়া শাগৎলমগনি। অসিগুম্বা ফিভম কয়াবু মখোয়মা থোকহল্লে।

এ! অদুদি সমাজবু শেমদোক্লিবা চুমথোকতুনা অফবা পুরকপা হোৎনরিবা মখোয়বু সরকারনা য়াদ্রে হায়বসিবু অর্থ থোকপ্রা?

মসিগী মতাংদদি মখোয়গী পাম্বুং দাবী অমদি থবক থো-য়মদু লৈবাক অমগী মীয়ম কাংলোন রা'মা লান্না চৎলম্বা য়াট।

অদু ওইরবদি সরকারনা য়াদ্রিবা লুপশিংসু, সরকারগী ওইবা সাংসথানশিং চপ মান্নবা মখো তৌই। হায়বদি মখোয়গী অমত্তা ওইবা পাম্বুংদি মীওইব জাতিবু অকবা মাই-কৈদা পুরকপনি হায়রিবা।

হোয় মখোয় পুন্না থোদাংমিন্নে হায়বা তাই। সরকারগী সিকাই ডাক্তর অতৈ অতৈ কর্মচারি পুম্বনা লমদমদুগী শান্তি রক্ষাগী ফিভম ডাক্তুনা থম্মী। মীওই খুদিং মশা মউ ফনা লৈহন্নবা হোৎনৈ। অমদী হিংবদা চংবা পোৎলম খুদিং

ফংহন্দুনা হীংবগী থাক ফগৎনবা হোৎনৈ। অমরোম্মদসু পন্থুং অসিমক্কি য়াওল্লোইশিংনা তাল্লিবা। মখোয়না মীপুম খুদিংনা মীওইবা অমা ওইবগী নীং-থা তম্বগী অধিকারশিং ফংহনবা খুদিংবু রাস্ত-পাদবা, কনাগীসু মীথা পোন্দবহুনি তাল্লিবা...। তশেংনা সরকারনদি য়াদে হায়রিবা লুপশিংনা লমদম অসিদদি সরকারনা লাকশিনবা উমত্রবা ড্রগ চাবগী সমস্য, নীশা লল্লোনবা য়োনবা নত্তবা লমচৎ শাজং কয়া থিংবদা অচৌবা মতেং ওইরিবনি।

অদুদি পুন্না থবক্তি শুমিন্নরগা থর মহাজননা য়াবা, মপাঙ্গল কনবা মীওইনা, থম্মোয় শেংনা থবক শুজরিবা অদুগা মহা জমদি ইয়া য়ানীংদবা শিনমীশিংদুগী খুৎশুমন মংদাবগুম্বনি তুহৎপনি। মতুমক হায়বা য়াবজাৎনি। অদুবু সিফাই পুলিস হায়বসিদি সরকারগী মনাই হায়বনি। অৎকনবা ইউনিফোর্ম অনদি মথোনা চেৎনা পুল্লবা মীওৎনি। সরকারগী য়েক্লবা মখোয়গীসু য়েক্লবনি। অদুগীনি মখোয়না সরকারনা য়াদে হায়বা য়াওল্লোয়শিং থিরিবা, ফারিবা, কাপলবা হাৎলিবা অদুবু মীনা মীবু হাৎনিংবা পোক্তেদা ...। মখোয়সু কপলিবনিদা।

হেরা ভাই! মতুদি রাহৈনিদা। তশেংনা মখোয়দি মীহাং মীপুনদা হৈনবী ওটরবনিনা মী হাৎপা হায়বসিদি মখোয়গী হৈনরবা নিশানি। ওসি ওরাং ফনা কুইরে, চহি ফনা য়ামলে। ওসি ফাও য়াওল্লোয় থেংনবদা সিফাইনা পুলিসনা হাৎতবা য়াওথ্রবা॥

অকনবা নিয়ম কাংলোন অমদি দিসিপ্লিন কয়ানা পুন্দুনা ট্রেনিং তৌরক্লবনিনা মশামক্না মখুৎ থাদ্দংতুনা লানে হায়জঙবা, সরেন্দর তৌরবা মীওই লিশিং লিশিংনা মথোয়না লোয়শিন্নখিবা। ভাই হৈমল্লবসু পশিং থোকই হায়বতুনি। নিয়ম কাংলোন, আইন, নিতি থংবা য়েনমনখিদুনা মীওইবগী শা ওনলকপা জাংনি। হেয়া অতুবু নত্তে "য়েক্লববু থেংনরগা লেম্না থাত্র ? নাথোকখ্রবদি মথোয়না অমুক " কায়না থললম্নবদি ? ফরে ফরে অতুদি মথোয় সরকারনা য়াত্রবা য়াওলপোইশিংদি করম্বা ফিভমদা ?

থংত্র ভায় লুপকী লুপ চাক্তা। মমিং তাক্লিংমা কোঙ্গায় লৈরমগনি। মথোয় অনিগীসু অহুমগীসু লুপ লুপনি। য়ামখ্রে। মথোয়সিসু মশক মওং মথল অনিদি উংঙুমলে।

অহানবদা—অশেংবা

মথোয়দি তংশংনা লৈবাক্কী সেনা তৌনিংবগী রাখলতনা মীচেন ওইরকপগী মরমনি। তশেংনা মথোয়দি অরাবা খুদোংথিবতনা মশক্কুক্লি। মশাগী ওইজবা খুদোংচাবা গুম্না তুংওইনহুনা সমাজগী, প্রজাগী য়াইফনবগীদমক মীচেন ওইরি। মনিপুরগী মফম খুদিং মুমথোং খুদিং মহাক্কী লমদমনি ময়ুমনি। নুপী অচাং খুদিং মহাক্কী মমানি মচেনি, মচলনি। অফং অফংবনা মহাক্কী চরানি। উথ-রাথা অমদি অচৈং অশা থাংবতনা মহাক্কী হৈনবীনি। তশেংনা মথোয়সু ঈংলবা নীংথমথাগী অহিংসিদা ঐথোয়গুম্বা থারবা কম্বলনা নন্দুনা ফমুংদা

লুমা নীংঙাইদনা তুম্বা করিগী পামলোই. অদুবু মখোয়না মদু কাওথোকলি খেম্নোক্লি। করিগী কনাগী?

ভশেংনবুদি শেল থর পায়রগা, চাবা থকপা থর লেমলগা ঐগী মুংঙাইবা কংবা পুক্লিদুদি অশেংবা মীওইবগী মপোক নত্তে। অশাং শাংদবনা মীওইবগী পুক্লিগী মফম লেপ্লে। তৌরম্বা থবক্তা লেপ্লনি। মীকুপ ঙাইহাক্তং ওইনা হিংলমলবসু মহাক্ত সমাজগী প্রজাগী য়াইফনবা থম তৌবা ঙমলবদি মহাক্কী পুক্লিদো মমল য়ামলবনি। ভন্দম্না মমলবা মুমিদাংদা ঙাইহাক মৈতাল পীরমলগা মীওইবশিংনা ফাদুনা হাংপীখ্রবসু নেংথায়খ্রবসু মহাক্কী পুক্লি মমল য়ামই। অদুম্না মৈনি থংনা খংনা মৈরানবী ওইদুনা চোংশিল্লক্লিবা য়াংওল্লোয়শিংগী পুক্লি মমল অমুক্কী মতিক মমল য়ামখ্রে।

চুম্মা। অদুদি প্রজা ঐখোয়না মখোয়বু শোগংপীবা তাব্রা?

মদুদি খংদে। ভাই ঐগী মত্তদি লৈবাক অমগী নাগরিক অমা ওইনা সরকারনা য়াম্রে হায়রিবা লুপ্শিং শোগংমম থোক্তে খল্লি। অদুবু কনানা খংনি নংগা ঐগা মাম্নদে। রাখললোন তিন্নদে। ঐগী রাখল্লোন য়াদবা মীদি লাক্ত লাম্বনি।

অদুবু য়াওল্লোয়শিংবু কাউফম শুকথোক থোক্তে। হিংলিদৈ ঙাইহাক শোয়ফম ওইরমলগা শিখ্রবদ কাংথিবা তারবদি লাল্লনি মরমদি কল্লব। ভমখিরবা ঈরাওখোলগা লোয়নবা মীওইবা জাতিবু মাঙ তাকহল্লগে হায়না চেম্বরক্লিগ, কল্লগা

ঈচেল ঈরৈশিংবু থিংলিবা খৈদোক্লিবা পাল অতুপী পীক্ল পীক্লবা লৈচোর মকুপশিংনি। মখোয়না অমমমক্তা ওইনা মথং মথং কংথোক্লুনা শৌজিকী থর ফগৎলবা সমাজগি য়োঁরক্লিবনি।

অনিশুবদা—শাগ্নিরবা

মখোয়দি শেংদবা য়াওক্লোইনি। মশাগী স্বার্থ হায়বা য়েং-বনা মখোয়গী অহানবা পান্দমনি। অদগীদি খেন্নবা মত কয়া পোকলক্লুনা মখোয় মশেল্লক্তা তোথাই তোথাই তানরকই। মখোয় মশেলনা অমদা অমনা হু চাইশিন্নতুনা প্রজাগী মীৎয়েংদা অরানবা ময়ি অমা উংল্লি। মখোয়না মশাগী স্বর্থদা য়েং-হুনা লোন্না শেল থাইবা, থিকা তৌবা, শেলাও পায়বা মীগী মচা মশু ফাতুনা অচৌবা শেলকমগা ওন্নবা অমদি মশাগী য়াইফংত থন্দুনা প্রজাগী য়াইফনবগী রাথল তুংওইনরক্লুনা অরান্নবা থবক থোরম কয়া তৌরকই। মখোয় অয়াম্বনা থক্মোয় শেনা লৈবাক্তী সেবা তৌরগে হায়না থোরকপা নত্তে। মখোয়গী পুক্সিদা পেন্দবা নীংথুংদবা লৈবা ডাকনি! অতনা অহানবদা মখোয়গী পেন্দবা, নীংথুংদবা, অরাৎপত্র মেনখৎনবা ফংনবা হোৎনরকই। থুদমদি লোম্না মশাগী শেল থায়নরকপনি। তশেংনা হায়রবদা মতু মশাগী পুক্সিদ শেলগী অরাৎপা লৈরক পননি থল্লি। অয়াম্বনা চহি নৌরিবা, রাথল মপুং ফাত্রিবা ইনথৎলকপা, শেল পায়নিংবা, থুদোংচাবগীদমক য়াওবা কোঙ্গায়নি। তশেংনা লৈবাক সেবা তৌরগে হায়না নৌনা চোংথোরকপা মীওইশিংগী মরক্তা চহী ২৫/৩০ শুরবা লাইরিক

লাইশু মপুং ফানা হৈরবা মীওই মশিং খিবা লায়গনি।

ইনথংলকপা রাথল শুইবনা সগাজগী অরাংপা, অশোয়বং থরদং উরুবদা হেন্না লৌশিনলি থনজিল্লি। ঈ থেংগৎলকপনা তৌগে থনবা রাথলদু তৌখিবনা হাল্লি। লোয়নুনা থম্বা রাংপনা অশোয়বা কয়া থোরক্কবা নত্তে। মতুমক্তা মথোয় মতম থক শাংনা সেবা ফংখিদে। চুপ্পা লাইরিক লাইশু হৈবা মীওই অমথন্না থনববুদি লাইরিক লাইশু কয়া হৈজদবা মীওই তরানা থনবনা হেন্না ফগনি। মরমদি অমাদ মী অমথক্কী রাথল্লোন অদুগা অমরোমদনা তোঙান তোঙানবা মী তরাগী রাথল্লোন তরানি। অদুবু হায়রিবা মীওই তরামক লাই-রিক লাইশু মপুংফানা হৈরবা, মপুং মরৈ ফজনা ফারবা মীওই ওক্তা ওইরবদি কয়াদ ফগদবা…।

অশেংনা মনিপুরদা য়াংলে ইং শতম তাকপা লুনা থোকই। হায়বদি শেংদবা শাশিন্নবনা হেন্না য়ামদ্রা হায়বা তাই। মশাগী স্বর্থদা য়েংনা চংপমা থর খিং হেল্লি। জ্ঞান মপুং ফারবা লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈরবা মীওই মশিং হন্নে হায়বা তাই। অসিগুম্বা শেংদবা শাশিন্নবা মপুং ফাদবা মশাগী স্বর্থদা য়েংবা কয়ানা য়াওল্লোয় হায়বগী অর্থ মশেল মরাংতল্লে।

ইহে চুম্মিনেহে তোমালদু সরেন্দর তৌরগা লুপী চেল্লে হায়বনি। শাওবা য়াত্রা য়াম্ন মীনি নহানি। ফজব হৈশাশিংদু

উক্লবদা লৈবাক্কী রাখল পুম্নমক্ … । অসিগুম্বু নত্তে সন্ত্য-বত্তদি হন্দক লাক্লিবা ইলেকসন্দা ভোট লেপকদৌরি হায়বনিনে। তশেংনা মহাক্তি মতম থরদি অশেংবা য়াওল্লোয় মাম্না সেব তৌরুরে। চুপ্পা শেলস্তু ফনা পায়রে। প্রজা কয়াগী থম্মোয় কয়াস্তু শেংত্রবা মনিহুনা জয় তৌখ্রে। মহাক শোয়দনা ভোট কাগনি। অস্তুম্না অসিগুম্বা শেংত্রবা মমি কয়াইলেবনা অশেংবা য়াওল্লোয় নশক থঙহ্নে থন্দোকপা ঙমজ্রে! অশেংবজুবু করম্বনো? করম তৌগনো? তশেংনা শেংজে — মথোয়গী মমিনি উরিবশে মকশিল্লবা মমী অমা।

---

# ফৈ স্তুমাই তৌদৌনি

অস থংজন হেক তল্লি, কলেজ কানি থনবদা। ইমানা ফংঙে নোংমগী বস ভরা লুপা ৫/৫ দগী হেন্না পীদে। কলেজ য়ৌরগা ফংঙে অমগা অমগা ইমান্নবশিংনা চাশিগা, থকশিগা য়েংশিগা … । অস য়ুমদা ফংঙে লুপা ৫দগী করি হেনবা দরকার লৈ? নংগী চানবা শেংনবা, লাইব্রিক বোই কন্‌ম করি রাহহল্লি। ঐনা পৈশা হেন্না পীয়ু হায়বসি মুপী কোইবগীরা ইমানা পংঙাংদা ঙাংই। হেল্লে মরম চাদনা শেল পীয়ু হায়বসে হায়গদবা … !

ফনা থেংলক্লে ইমাদো ঐনা কলেজ খোরকপা ঙাইহুনা লৈ। ঐ থংই। ঐনা চংশিন্দুনা "ইমা ঙসিদি লুপা তরা পীয়ু (শোল্লপনা)"

—করি লুপা তরা তানবা ঙমলত্রা নংবো হা?

—অস ইমা ঙসি ফিয়্যারবেল (কায়নবা নুমিৎ)টুনি। মী ইমান্নবা অমা অম।

—ঐনা থংনা পীরিসিনী শে লুপা ৫ (মঙা)

—ইমা ঙসিদংদি সে সেবা

ইমাদো ঐনা তকপহুদা লুপা মঙা হেন্না লুপা তরা পী রক্লে। মতমনগা থেংবনে মীনকা ঙাইনবনে বসসনা ফুল ফুল ঙাক্তা লাকই। অশাংবা বসশিংসিনা ফংঙে তোংগে শুকয়া য়াদে। অতেনবা কেল্লুরশিংদা চংলবদি খোংনা অমুক ফনা শাংনা চৎপা ঙাই। হাইস খেংলবগুম থেংনা অশাংবা বস তোংদবা য়াদে। ঐনা বসতু খাম্মী স্তুম থৌখি, সুকখাম খামদে। "তোংবীরোয়, ভরা লৌজৌ হায়বীহুনা তৌবনি য়াত্রবদি তোকচৌ। অদগী মপা হেক চান্নন বস অমা হেক খাম্ম। ঐনা থাম্বদা খামলকপা নক্তে মী কুমথবগী থাম্বনি। কুমথবগী ঙাইহাক লেপ্পহুদা ঐস্তু অহুম চোংখংলে। মতাইহুদা নপপোই য়ানবোয় থরা তোম্মা তোংলে।

হেন্দনমেন ওইরিবা নিপামচাহুনা শেল ভরা অস্তুম খোম্মী। মশকা ইক কজবদা।স্নাসিগা কয়দা সুংশিঙ্খবনো।

মথং মথং লাক্তুনা ঐবুস্থ খৌররে। ঐনা লুপা তরা চংপীতু পুখোক্লগা "সে ইত্তোমতনি। "অচোয়বা য়াওদে কোম্না হল্লগে" হন্দনমেনতুনা। বসতু সুস তোংনা বসন্তা খেংপা ফজবা লাই, গাড়ী নম্বর অনকপদা তোংবা মুজা কয়া লৈতুনা হাইকেং য়েংতুনা মতম লেল্লি। বসতুনা গ্রুং গ্রুং খৌতুনা মী থাদৈ হাপ্পী সেক্রেটরীয়েং য়াওব্রা? "য়াওই" থুনা কুম্মু গাড়ি কুইনা খাবা য়াদে। পুলিসনা কানি। ঐনা চংশিন্দুনা মরম হংলুই। ঈয়াং খোকপসিদা সেক্রেটরিয়েৎ সিঃ এমঃ মমাং বস খাম্বা য়াহন্দে অতুদি কুইদনা খামল্সি হায়না ভাইহাক খাপ্পী। সেক্রেটরিয়েংতা কুমগদবা মী মথং মথং খোরকপদা চীনমন্দুনা নত্তাইদা লৈবনিনা ঐনা হান্না কুমথৈ। অদগীদি পুলিস অহুম মরি ছুইসেল খোংতুনা লাওরকই। মতুদা বস ড্রাইভরতুস্থ খংবোই কৈবাই গাড়িতু গ্রং খোগংগ্রে। ঐ তোংবা নংহৌদ্রে। ঐনা ভাইথে। ফনা লাওই তাবীদনা খোগংগ্রে। খোইদৌ পিং পিং লাওনা লেপহৌরে। কয়াদা শাথিগ্রবনোসে? তোংবা নংহৌদরে লাওর ফাওবা খামলমন্ত্রেনে। অস শাউ- নিংগ্রেদা কৈ থংনি। হেন্দদমেন তায়বা শক অতুনা ভরাস্থু হল্লমদরে। খুত্তস্থ অহেনবা শেল অমত্তা য়াওদরে। ঐবু য়ুমদা হল্লসিরন্নে। অস শাওনিংগ্রেদা ওস্থোক্কা উশিংখিন্নেদা।

কৈ মতুগী অঙাংদো খুপাক থাগে।

মওং মওং অস্থম খল্লি হল্লুরবস্থ ফরক তারে। চত্রগস্থ ফিরায়রেল জবান লৈতবা তায়নি। খোঙনা চংপস্থ থাপমল্লি

ছম রিক্সো তোংলগা মসি বস পার্কিং তাম্না চৎলগে অহংগা ভরা হল্লকপত্থনা রিকসো ভরাস্থ পীরগে। অস বসতু লৈরমত্ত্রবদি লৈরমগন্নিদা নম্বরস্থ থংই, হেন্দনমেন অস্তাংতুস্থ থংই।

ঐনা রিকসো অমা ফারে। পার্কিং তাক্তনা মাবু থোং-হল্লে। রিকসো তোংলি হায়বা মস্তাইরে শ্বাই শ্বাই লাংই বসতু লৈরমত্ত্রবদি। অদগী রিকসো থোবনা শাওগৎলকপা। ঊশিত্তবন্নি—ঐনা ফনা য়াম্না হায়জরবা ফাওবা য়াদবা। রিকসোদগী চিংথবা ময়াম য়োমশিন্দুনা হংবদা— রিকসো তোংথোক্লগা ভরা পীবিস্ত্রে— অদগী ময়াম্না পেপ পোপ থাজিল্লকপা, কাওশিল্লকপা। "আইয়ে" চৈমা বেক ফাওই। অতুম্না তৌরবাদি ইজং পুমচায়। শরাইদা থর শারকই। ঐনা খুৎনা হাইকেং নাম্নুই— ছমাং মরিক মরিক কারম্বী নীংথমথাত্থদা রিকসো থোবত্থদি থৌশাবিদে তপনা তপনা থোই। ঐদি চেন্নিংউ বসতু চৎখিবা হানবা ভারে থনবদা। "রিকসো থর থুনা থো বস অমা তান্নগদবনি। রিকসোত্থস্থ য়াম্না থুনা থোত্থনা পার্কিং য়োহল্লে। য়োরবল্লিনা মাদি লেপথোকখ্রে। ঐদি পাক হেক হুমথদারে অরৈবা বস মরক্তুদা MNS 11026 থিত্থনা ভাইহাক লৈরে। রিবসো ভারা কয় নো? ঐ নোকশিন্নরে নোককেং তৌরবদি নুংশি হাইনৈ। ঐনা "হে ভাইহাক ভাটখো ঐ সুমাই তৌবনি। বসসে তোংবদা সেক্রেট্রিয়েৎতা হন্দোকপীরম্মে পৈশাস্থ হহ্নদে। পৈশা অমুক্তা ভরা হলহল্লুখিগে। অশেংবা ভাক্তনি নত্র। অদো

রিকসো খৌবদুদি হাইকেং য়ানিংদে। চান্নু উলতা ওইনা উরমাল্লে। হাইকেং শুগংলগা ওয়াঙ্কাক্লগা .. উম থুরকউ। মাগী মওংতুনা ঐবু মৈ অমুক চুররে। পবং চংশিন্দুনা হেন্দন-মেন শক ফজবদুদা — "হে নং ওসাই ভরা হল্লমব্রবদি কৈগীনো? হাইকেং ওক্রা মান—করিবো কনাগী ভরা?

—সি ওসাই সেক্রেটরিয়েৎতা থাবদা পুলিসনা লাওবদগী চেনখিবা বসভু নত্রা (কল্লপনা)

—মান্নি

—অদো নং মী অমগী ভরা হল্লমব্রি কৈগীনো? সেক্রেটরি-য়েটতা পুলিস তান্নরকও হায়না ঐবুসু কাথংপা নংহন্দনা খোংগ্রে ভরাসু হল্লমদে। শে হল্লকউ ওসাই লুপা তরাদগী লুপা মাপল হল্লকউ"।

ওাইচাক য়েংলগা শক ফজবা নুংশিবদুনা হায়রকই।

- ঐ কৈগী লুপা তরা ঐ ভরা হনখিদা লোয়না হা

—হে অঙাং নং ঐঙোন্দা হল্লমব্রা (লাওরকই)

—হনখিনা

—হনখি কাইনা মসি অঙাংসি "পাক পাক" থুপাক্না থারুই। মতুদা অকোয়বগী ড্রাইভর ময়াম অতৈ অতৈ য়ৌ য়ৌ চং-শিল্লকই। ড্রাইভরদুমাদি হৌনশানিনা হেন্দনমেন অঙাংদুগী মীচংদা লেপ্লে। ঐদি শাওবনা লুতোন কারে।

—হে শক নং লুপা তরাদুগী ঐ চোপ্পেনে। লোদরবসু য়াইমে অদু য়াম উশিঙ্গে হায়না থওইনা তু রিকসোসে তোংগা

লাকইবনি। করি নোয় ভয়াদি লৌনিদি খঙবা ভরা চল্লু-য়াদয়া?

অঙাংতুনা হনখি কংয়েং য়েংলে। শাওনিংবনরা কিব-নরা খংদে। শাওনিংমন্দনা "হে লুপা তরাখক্তু দনিনে য়াঙ-রিবা। তু হংউ রিকসোসি ভয়া পিদরিবনি। নং হনগেরা হল্লোইরা? হায়রগা হেন্দনমেন অঙাংতু পংকাও কাওরে। মহুদা মীয়ামতুস্তু য়ারে। "হে নোয় মী লুপা তরা খক্তংগী সুমাইনা তৌবা হৌনদে। হল্লমলোয় নোয়না সেক্রেটরিয়েট মপাদস্তু হন্দোকপিরম্লে হায় হনখো হনখে, ঐনস্তু "অশেংবনি ঐনা লুপা তরা খক্তংগী তুমাইনা তৌরোয়। লুপা তরাচংপি-তুমদি য়ুমদা দনাদা লৈ। উশিত্তে হায়দনা তৌবগী রান। ময়াম চংদনা ঙাংলে। হেন্দনমেন শক মুংশিবতুদি কংয়েং য়েংলে। অতুবু ত্রাইভরতুনা চৈতুনা লুপা ১ (মাপল) হল্লক-হল্লে। মতুংদা সুমাইনা কাতু কারন তৌনু। ঐ ওইবগী ফবনি মী অতৈ ওইরবদি জুগোং চায়রাই খংত্রা (কন্না লাও-শিল্লি)। শাওনা প্রেপ প্রেপ থোরকই। রিকসোতুদা ভারা লুপা অহুম পীরম্মগা ঐ কলেজলোমদা অতুম লাক্লে।

লম্বীদা চংনা চংনা অশাওবনা খুমহৎলবা ইকাই ইকি খংলুদরবতু হৌজিক্তদা ইকাইজরকই। ইহে ঐস্তু লুপা তরা খক্তী জাং জাং হেক তৌক্লরে। হেরা পৈশাতুগী রা নত্তে। মোয় বস হেন্দনমেনশিংসে কৈনোম তৌবনি। পৈশা য়ামনা লৌকপগী রা নত্তে। অতুম চংপদা লুপা অনি পীরগা অমা

হনগদুরা জাংসি অচোয়বা লৈতে হল্লবনি। কুমথরমদাইদা মীয়াম মম্যাংদুদা থৌনবা তন্দনা তোকপা কোজায়নি। অহুবু লুপা অমা য়াওদনা বস তোংগেদি নোংমতা য়ারোই। অচোয়বা লৈত্রবনি লৌরমু য়ারোই থরদি হেল্লবনি মথোয় — কৈ সুমাই তৌদৌনি

---

# কলেজ কান্তিন

সুংঙাইকা কলেজ কারিগৈদা ডাই! তশেংনা সুংঙাইকো কলেজগী পুক্নি। থংত্রেদা হয়েংদগী হৌরগদবা কোর পরি-ক্ষাসি লোইরগদি কলেজ কাবা লেপলগনি থল্লুবদা কপতুম কপনিংই। অস সুংশিরবা মরুপশিং, সুংশিরবা ওজা ক্লাস, ঐখোয়না তত্তনা ফমখিবা কলেজগী নাশিক মখোং, ঐখোয় দিপার্টমেন্টকী লেবোরেটোরি, তোয়না ফমদুনা চামিমখিবা কলেজ কান্তিন ওম্ম থাদোকপা তারেদকো। কান্তিন হায়-নরকপা পল্লকপদা ভাই কান্তিন্দুম চত্তুনা চা-কা থরা থক্কুসি হায়না কান্তিন তাম্মা লাক্লে।

সুংঙাইগ্রবা মরুমনি। ঐখোয় কলেজ চাওরবা কলেজ-সিগী স্বামগ্রবা ছাত্র ছাত্রীবু পেলহলবা ওমা কান্তিননি। হাওগে হাও হাওরোই তোকও অমদি হাওই হাওতে থিনদে

পৈশা য়াওগে য়াঁও য়াওরোই তোকউ নোংমগী অমুক্তং ওই-রবস্থু চংহোৎব্রবদি থরাই হুংঙাইতবগুম তৌই। হুংঙাইগ্রবা কাংবুনি। পৈশা অয়াওবা অমনা পুল্লপ পুল্লপ অহুম পুথোক্লে করিগুম্বদা শুদরগস্থু য়াংদরগস্থু বাকি তৌই। কান্তিন মেনেজরনা য়াই। কান্তিনগী চা অচাপোৎ থোইদোক্লা স্পি-সিয়েল ওইদে অদুবু পকহাওদা হাউই। অদুনা য়ুমদগী চাক চারকপা চার[illegible]বা কলেজ য়োরবদা মরুপশিংগা লাম্বগা পুংকাও—।

অতুক চাওবা কলেজ কান্তিন্দ ঐখোয়না চংলুবদাদ ফমকম ওম্না হাংলমদ্রে। হাংই। ঐখোয় পুল্লপ পুল্লপ ফম্বা চমবা হাংলমদে। মচোয় মচোয় তামনিংদবা কাংবুনি। শাথিগ্রবা ছাত্র ছাত্রিশিং চা অঙাংবা অমমম থক্লগা পুংথায় অমা হেম্না ফমতুনা বাখি ওাংনবা ওম্বনি। তাল্লুবা মাত্র কান্তিনদি ছাত্রশিংগীনি। মোয়না চাবৈ জ্রংদি কনানা কান্তিন তৌবা ওমগনি। মেনেজরনা হায়।

ঐখোয় জ্ঞান তাই। ফম্লবা ছাত্রশিংদু ঐখোয়গুম্বা ওাক্তনি। হুংঙাইগ্রবা মফম্নি। অজ ছাত্র চপ মান্নে। নাকল অমদন। ছাত্রশিংনা বা বা রাশি তৌই। অমনা অমগী রাবি তানদে নাগী নাগী। হুংঙাইগ্রবা মফম্নি। পোৎ চৈস্থ তাংদে তশেংনা রেষ্টুরেণ্টতা চৎনগাদোবগী মহুত্তা সিদা ফম্বনা ৯০ পারসন সেব ওই। ছাত্রশিংস্থু শিংনৈ! রেষ্টুরেণ্টতা ফম্নদে কান্তিনদা ফম্নে। কানভিন্দা কা অমা মনিংথংবদা

শাংনা নৈ। ছাত্র-ছাত্রীশিংদু ৱারী চিকথনৈ। অচাপোং চাবা কাওনৈ। থর অমনা থংলসনু উজরসনু কায়না সুংশি ৱারিদু হৌনা হৌনা শানৈ।

ইকাইজে কাওরমাল্লে ওজা ময়াম অসা মনাজা মশুং মমাম্নবা ময়াম ফম্লি। য়েংথদুম ফনা সুংঙাই। অদুক য়াম্বা টেবল চোক্রি সিজ পিয়ার পিয়ার। থোকমিন্নরকপদা মমাম্নবা মমাম্নবি পকশেমদা শেম্মৈ। ছাত্র ছাত্রি কনা কনাদি উথিগদয়া কায়না পাথংনা লোংপাদোনা ফম্লি। ইকাই থিগনবা থিগমবী জাংলা নত্রগা মশিং য়াম্না য়াম্বা জাংলা। ছাত্র থরনা কনাগুম্বা থর ঙাইবা মাল্লি। অমদি অমুক হৌগংলি অমুক ফমনি। অমনা পংশাউদা শাওই অতৈনা থাম্বী। মথোয়না ঙাইরিবদু ঐ থংই ছাত্রী নংতনা কনা ওইরুনি। অমদুনা শাওবগী মরম্না করি ঐ শাজিনবা ওমই।। ঙাইহাক নৈরগা ছাত্রী অনি অহুম লাক্লুনা মথোয়গী মরক্তা ফমলয়ে। অমনা পংঙাংদা ঙাংই। অমনা লুকথদনা তুম্লিন্না নৈ। অমনা পকশাওদা শাওই। ছাত্রী অমদি লুকথিবদগী হুন্থংলক্তে ছাত্র অমনা মুম্না মুম্না য়েংই। হুম ঐ থংই ঐ থংই করিনো? নাকল অমদনা অচা-পোং পকোদা কৌই। শাওরোই য়াদে ঐথোয়গীন্সু ফনা কূইরে অচাপোং পুরক্তবা ..। নাকল অমদনা কম্না হৌনা হৌনা নোকলকই। শাওফম থোক্তে মী য়ামন্দনা থুবা ওমদথনি। অসুম কোয়না য়েংলুবদা ওসাইদগী ফমলক্লবা ৱারী শাফম নৈত্রবা পিয়ারসু য়াওরমই। করি ৱারিবু শারিগবা? অচা পোংনা কয়াম চারবা।

তোংগান তোংগানবু রারীনি। বনানা থংনি। মীগা মীগা মান্নদে। ওজা মুপাশিংনা স্নাগী, কিগেগী, মুগাগী রারী শায়। ওজা মুপাশিংনা অয়াবনা মারুতি, কার, মরুপকী, তলব হেংগংতবগী ডাইরেক্তর ওইনিংবগী রারী শাই। ওজা থর অমনা স্ট্রাইক কায়না হায়। ছাত্র থর অমনা শক থংবৈ তাক্লে মকুপ শায়ে। ছাত্র-ছাত্রী থরনা অথং অহেংগা শারংদনা লৈবাক্কী রারী শাই। রাকসি চাওনা চাওনা ভাংহুনা সমাজিক শাই। ছাত্র থরনা টুইসনগী থরনা পরিক্ষাগী, থরনা নোট তৌবগী রারী শাই। ছাত্র-ছাত্রী থরনা শাওনৈ থরনা থেম্বী। মরুওইনা মুংশি মুংওনগী থেম্নবা, শাওনবা ডাক্তা ওইনা তৌই। চুম্নিদা কলেজ অম লৈরবদি রোমান্সকী ক্লাস অমসু লৈগদৌবনি। অদুগা ঐথোয় কলেজ কাপ্তিননা রোমান্সকী ক্লাস ওইরি। ছাত্র ছাত্রিনা রোমান্স তমলি।

চুপে লৈরে ওজা মেধা, রঞ্জনা, বিমোলতানচিংবা মশক ফজবী ওজা লৈশাবীশিংনা ছাত্রশিংগী রোমান্সকী ওজা ওইরি ছাত্র থরদি মখোয়গী রারীতমক শাই। থরনা মাগীনি ঐগীনি কায়না কনশিংই। ওজা মুপাশিংগী মরক্তসু ধনবীর, জয়, কামেশ্বরনচিংবা পাথং নত্রগা মুপী থিরবসু তগৎ ভগৎ তেকপা। মশক মপৌ ফজবা, সেমতর্ক তৌরবসু ছাত্রিশিংনা হেক্তো মাঙৌ চুবন্না হৈনজবা ওজাশিংগী রারীতনি ছাত্রীশিংনা শারিবা মখোয়না মশক মতৌদগী হেদোক্না লিংলিবা ফুরিং খোঙগ্রাও, পেন্তি কাওবগী রারী শাই। অদুগা ছাত্রশিংনা

শগদগী লিখলিবা ম্রাওজ কাওদগী ৱারী শাই। অওকপা ছাত্র-ছাত্রিশিংনি মওদা ওজা উরগী ৱাৱি কাওবা শাই। সিদস্লু নত্তে অতৈ অতৈ পুন্না লোন্না ৱা ৱা ...। ঐখোয়স্লু শাখিত্রা ভাই ... শাখি ..নত্তে ছম...।

ক্যান্টিন মেনেজরস্লু শিংউ। অদুগুম্বা কাদা ফম্বা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী ৱিল শেল হেনজিন্না হায়জিল্লি। মানা হেন্না শিংই থংই। কৈস্লু পান্নররোই। চানিন্নরুবা ছাত্র ছাত্রীগী মমাংদা ইজংনি। মখোয় মশেল শেল হান্না পুখোক্লবা তান্নে। মাদি হিটতা তোংলেহে। অমনা 'ইখো নংবু অমুক্তা চাখো" মী য়েংলুগুনে ... ঐ জ্ঞান লাকই। ওস্তোকপনি ইমান্নবা অতৈদি চাবা ত৬থাই য়োনরবা ক্লাওবা ঐদি ম্লুংডাইরবা দৃশ্যত্তু য়েংলিতে আলুচোপ্পু, শোকফাও শোরুলমত্রো। "ৱল্লক-ইনিনে ৰংজদবনিন্না মীনা অমা শেমগেস্লু য়াদে অমনা। ঐস্লু "শেন্বীত্রবস্লু লৈজেয়ে" ৱল্লকপগী ৱা নত্তে ভাই। নহানৱাই ঐখোয়বু করম তৌরকপগে? বাওরত্রা? নিংশিংউ মমিং থাৱককে বোবী, মিনা, সিতা, দিনা হা? কয়ারক্লো মংনা শাওখিবদো? কয়ারকনো নংনা শেমখিবা? তৌরম্লুনে নংতগী ৱা নত্তেয়ে ঐখোয় থুদিং নত্রা? অদু য়েংউ পরিক্ষাসে লোয়থদি ঐখোয় অমুক হন্না ফংখিত্রা? কনানা থংনি। কনানা কদাইদা? মনিপুর ইউনিভরসিত্তিদা ঐখোয় কয়ানো অমুক পুনগদোরিবা?

ময়াম তুম্মিন লৈনৈ। য়াদো ফাগী ওইরবস্থু জ্ঞান মাংনৈ। পুক্লিংদা অরাবা পেন্দবা নীংঙমদবা, কপ্পিংবনা পিক থম্নরকই ফাওনরকই। ঐ ভাব লাকই। "এ! হেৎ কলেজ লোয়রবস্থু মাষ্টর তম্নবস্থু তমজ্রবস্থু, অসোমদা চংলস্থু চংজ্রস্থু ঐখোয়বু কাওনরম্মা হা? নত্তে নখোয়বু ঐ কাওথোকলগজ্রনে? মতম্মা পুরকনি ঐখোয় হম্মুক পুন্নখিনিনা কাঙ্গিনসিদা হা? ময়ামদো শোল্লপনা উম হোয়দা কাইনরোম কায়নঙমসি কায়নঙমসিকো ···ভাই। অদগী ময়াম য়া ঙাংনদে শং শং তুম্মিন তুম্মিন চৌগৎনৈ। অমনা পৈশা পিজ্রবদা কায়নরসি হায়না মাগী মাগী গাড়ী ইথোক্লহনা য়ুম পাংনরক্লে। ঐস্থু তুম্মিন্না য়ুমদা হল্লকলে। ঐগী কাদা চংজুনা ঙাইহাক ফম্মুংদা হিপ্লে। খয় শাংনা হোন্দুনা ভুংদা ওইরকপা য়াবশিং লামশিল্লুই। নুংশিরবা কলেজ মরুপ ঙম্মা কায়নমনিকো খল্লুবদা কপ্পিংলক্লে। ঐবু পি তাখিজ্রা? মখোল থোকখিজ্রা? খংজ্রে ঐবু কপ্লজ্রা? ···।

# ওজা পুল্লেগী পেরোত

ওজা জয়গী নুংঙাইবা রারীগী মহাওদি ক্লাস লোয়রবা মাওবা লৈরি। ময়ামদো রা রা রারীচু নিংশিংনদুনা মোকই। অমনা 'মথংদি ওজা পুল্লে থোকই"। ময়ামচু হিগংলম্বা মশিংচু হাইকেং হৈন্তে। ঙাংনরম্বা লাংনরম্বা থম্বা হম্বগুম তৌই। "তল্লি ওজা পুল্লে লাকএ" ময়াম তুমিন তুমিন লৈনৈ খংহৌদে ওজা পুল্লে প্রপ প্রপ চংলক্লগা 'লাংগন্নু" হায়রগা চৌক্লিদা ফমথে। ময়াম তুমিন তুমিন লাইরিক ফাক্তোকতুনা লৈনৈ। মহোশাগুম মল্লপ তৌবা কৈজোম অতৌবহুনা ফুরিং অঙৌবা অচোনবদুগা. জরশি থবাক খায়বী মককতুগা ...। হোংলমদে শককমচু নহালমুক চহিদা উথিবা ওজা পুল্লে। মশাশিবু থর নোংথংলরা নোয়খংতে অদুম পারী। লাওরপ তৌবা মিং, তাংলবা লল্লাই অমদি চরা চরা ফানা হৌরবা শম অমদি অতেকপা ময়া অহোবদুগা..। হল্লমল্লি মুম্না মুন্না য়েংবা, পাইরকপা তেঙ্তক তৌবা চৈচু খাঙংলগা "সি করিনো? মসি মঙ্গা মানব্রা? মাম্নি কাওম্নি ওজা পুল্লেগী দাইলোগনি।

ওম্বোকপনি ছাত্রশিংস্থু মথল মথেলগী ওজাসি নোংমদা ৬/৭ নুংতিগী থেংনবনিনা ওজা পুল্লেগী মওং চপ চানা খংলে ওজা জয়গী পেরোত্তা মথোল হৌনা পেন্না পেন্না নোক্লুরম্বা চীনবানশিংহু চেক মুক হৈক লাওনদে। ঐ থংই লাইরিক

থরায় য়াওবা নত্তে, ওজা পুম্লৈ কিখদগীনি। ঐ উই অমনা লাইরিক য়েংবা শারগা লোম্না কোমিক য়েংলি। অনি অমনা লুকথরগা রারী কম্না শারী। অমনা লোম্না তুমিন তুমিন সুমিংলৈ তুপ্লি। অসুম্না ছাত্রশিংদো কৈনোম হেক্তা তৌরমই।

মহৌশাগুম ভাইহাক কোয়েং য়েংলগা লাইরিক ফাক্তো-ক্‌না পরা তাকপা হৌরকই। ফুরিং খাওদগী আনোক অথাবঠ্ লৌথোকলগা মা-মাহুনা পারকই। হৈতবগী রা নত্তে। অহল ওইমন্দুনা উদতুনা তৌবনি। মানঃ পরা তাকপা হৌ-খিবদগীদি ছাত্রশিংতু ফ্রে ওইরে। তৌনিংবা তৌনরক্লে। অতুবু লাংদি লাংনদে লাইরিক্তা য়েংবদি অতুম শানৈ। তাক-লিবা পরাতু নাকন্দা অনি অমনা কম্না রারী শারবদা তাকম অমতা থংদে। ওজা পুম্লৈনা ফুগ হৌগংলকই। ময়ামতু মী-পাইনা কনাদা দশা তারগদবা থন্নে! প্রপ প্রপ চংশিল্লক্তনা মাগী থারগা হন্দবী খুংফুতু ঐক্তোন্দা লীচৈতুনা শেৎ শেৎ....। খাম্বুবা খুম্বুবা য়াপোক্তে হেন্না ফুজিল্লকদবা ভাংনি।

অতুনা ফুবা লোইবা ভাইরে। নঙলসি পুংশা শারে—কপলুরবসু মাল্লে পী তৈরমলে। ফুবা লোইরকপদা থরা কল্লগা "ওজা ঐ নত্তে লাংবদে," অতুদি কনানো? ওজা মোয়নি। ওজা পুম্লৈতু মোয়দা অমুক ওনশিনখ্রে অনিতু ফজনা থাখ্রে—রারীকা পুনখি। ঐ জ্বা। লাকই-শাওক্লবা ভমদে। ওজা পুম্লৈবা তাবা শোংত্রবা নাকোং লাংলেদি থংলগা অন্দাজ

মারিরগা যুংবদো --। অচুগা ওসিনা ঐতোন্দা দশা তাবা। দশাশি ছাত্র খুদিং মীপাইনৈ।

ওজা পুল্লে থংশাও শাওখ্রে। অদগীদি অমুক নৌহৈনা ওরাংগী পরা হংবা হৌরক্লে। ময়াম তিং তিং লাওনৈ। ওসিদি পরা লৌথবা মুম্বিংনি। পরাদি হয়েং হঙ্গংকদবনি। ওজা পুল্লে রোঙ্গিন কায়রক্লে। পরা লৌথবা মুম্বিংনি হায়না পরাসু পায়ক্তে। পরা লৌথবা মুম্বিংনি হায়দনা রারী থরা শান্নবগী রানি। পরা হংঙ্গংলক্রবদি কাত্রগা ফুগদবা চৈ খুংকু নিংশিং-রকই। পরা ফারকপা কাংবুনা থৌশাদনা কিদনা লৈনৈ। পরা ফারকবা কাংবু থরনা তুমিন্না লাইরিক কাক্কোকুনা পানৈ থরনা লাংদবা শাদনা লৈ। অরাং অরাংবা থল্লগা পরা হংই। পরা কাদ্রগা ফান্দা লেপহল্লি। অচুদি খুংশাদা পেক্সিন থিং-জিল্লগা লৈ, কপলাক্পা চৈ অনি অনি ফুই নত্রগা নঙ্গন্দা পক-থাদ থাই। অচুনা ওজা পুল্লেগী দণ্ডি চৈ কিবদগী তাওশিন্নবা পরা পানিংদবা ছাত্র খুদিং নমচুনা পরা পাই ফানৈ।

অঙকপা ওজানি ক্লাসতবু ওইরো লম্পাক্তবু ওইরো বেরেন-দাদবু ওইরো খিতংকা রা কন্না তাংবা শকপা মা লাক্লম্রবদি রাদে। নত্রবদি চৈ। বেরেন্দাদগা চেন চোংচুনা শান্নরুরবা লাও থোংলুরবা ওজা পুল্লেগী শারি শারি লাওবা লিচৈ অনি। স্কুল থেংনা রোরক্লে চৈ, পরা ফাক্লে চৈ, রারী শারে চৈ, চৈগী চৈ তাক্তা অচুনা ছাত্রশিংনা ওজা পুল্লে লৈবা, লাকপা অমদি মাগী ক্লাসতা রা তপনা তপনা তাংনৈ, তত্তা রোনবা হোংনৈ

মপান থোক্লদে পরা পানৈ কানৈ। মথল মথেলগী ছাত্রনি। ঐদগী চিংনা ওম্বোক ওম্বোকপা খুংপু খুংপু মাইনৈ। তিন্নবা তিন্নদবা থান্নৈ। কানপরেং কানপরেং উশিংনদে। পরা কাবা তানৈ। নাশিন্নজুনা ছুত্তি লোথোকই শিনেমা য়েংই। পুন্না স্কুল য়োঁদনা বজারদা কোয়বা চৎলি। অকাম অপেং-জুগোং চাবা রারী শান্নদে। ঐখোয় মুপা মঙা পুনশিন্নগা জগংকী অরোনবা অমকপা রারী শানৈ। অসোম নাকন্দা কম্নীবী নুপী কানপরেংশিংদু য়েংলগা জাং জাং হান্নশিল্লি। মমিং থোনশিল্লি পুন্না বা বা। ওজাগী বাদি অম, ইথোতোম্বী, বিরেনচিংবা কৈ কুগন্দে কাগী তৌই। মমিং থানমকপদা ওজা পুন্নৈদা খ্রক খ্রক পল্লি। মমিং হেক তাবদা জুগোং চাদবা রারী শাগদবা লাংগদবা, হিগংকদবা তল্লি।

ওজা পুন্নৈ পেম্মোত মমুংদা তৌশিন্নদবা য়াদে কদম তৌদবা য়াদে। রারী শানিংলবস্সু শাবা য়াদে। নোক্নিংলবস্সু নোকপা য়াদে। পরা মুম্না তদবা য়াদে। "পরা কদায় য়োঁ রে" হংলকপদা থংজাদি চৈ। পরা পানিংজ্রবস্সু ওজা পুন্নৈগী পরাদি কাজ্রবদি চৈ। রাঙাং শাঙাং ফজদবা য়াদে, ইংনা তপনা ভাংদবা য়াদে নত্রবদি চৈ। মুংশিজ্রবস্সু খংনরবস্সু তিন্ন-জ্রবস্সু কৌনদনা য়াদে ওজা পুন্নৈ পেম্মোতা নত্রবদি চৈ।

ওজা পুন্নৈনা থাংজ খুদিংগী মৈতৈ ময়েকস্সু তম্বী। পরি-ক্ষাদা মৈতৈ ময়েকী মার্ক য়াওদে অদুবু তমদবদি য়াদে। ক্লাস য়াওদরবদি ফুই অদুনা ছাত্র খুদিং মৈতৈ ময়েক হৈ। মানা

শিন্দুনা ঐখোয়বু মৈতৈ ময়েক্কী পরিক্ষা থাহল্লি। হন্দকস্ত ঐখোয় ক্লাসকী কিংসন্না কাষ্ট তাই। ওজা পুল্লৈনা নোংমা পাল্লি নাইড়ুনা কা শেংহল্লি। নোংমনা মমাং ফান তোমনা মনিং, নোংমনা মুপী'রাম। অমুম্না তৌবসিনা ঐখোয় ক্লাসনা ইনান নাল্লি অসিগীস্থ মথক্তা ময়াম হোয়ডুনা স্কুলগী লম্পাক মনিং ময়া শেংহল্লি। হপ্তাগী ওইনা শোয়দনা শেংহন্দুনা স্কুলবু তরুতনানহল্লি। থাংজ খুদিংগী মৈতৈ ময়েক্কী মথক্তা ওজা পুল্লৈনা খুংশা হৈবগী, পোং-চৈ শাবা খোংপম্ব তম্বী। ছাত্র খুদিং ওজা পুল্লৈ কিনৈ, তমৈ নুংশিনৈ।

চহী খুদিংগী ওজাগী নুমিত্তা ছাত্রশিংনা খুদোল থ্বাইদগী য়াম্না তৌনবসি ওজা পুল্লৈনি। মানা থ্বাইদগী সেনিয়ার ওইবগী রা নত্তে। ছাত্র অয়াম্বনা ওজা পুল্লৈবু নুংশি মাগী থরায় য়াওবা অকনবা চৈরাক অমদি ছাত্রশিংবু হৈহন্নিংবগী মওং মতৌ বাথল অতৈ ওজাশিংনা ছাত্রশিংনা অমদি ঐখোয় তেজ মাইমনা থক্ত।

ঐগী মতমস্থ ওজা পুল্লৈদি অশেংবা ওজানি। মতাক মমিৎ শেংনা উদডুনা পরা তপনা তপনা পায়। পাবদা লানবকাস্থ য়াওই। ছাত্রশিংবু চৈ থিনা থিনা ফুই। তাবা শেংদবদগী অমনা লাংলগা অমদা হেক্তা কুপল্লি। রা লাং কম্না ওাংবা নোকপা য়াদে। পরা কাদবা য়াদে। লমচৎ ব্যবহার ফজদবা য়াদে। তশেংনা মাগী অশোনবা, অশোয়বা ময়াম অমা লৈ। অদুবু মাথক্তনি ঐনা থ্বাইদগী কিখিবা, তনখিবা অমদি নুংশিখিবা ওজানি।

---

# করম্মা ঙাকপীয়ু হায়গনি

মাধব সিমো য়েংলি। সিনেমাদু উরক্লে, য়ুম. মমা অদগী মথং মথং...মাধব মণ্ডল মণ্ডল থল্লকই ...।

'ঐসে থরদি-হেন্নলবনিকো।। ইমানা চৈদে মতিক ঐনা ইমাসিনা কয়াদা নীংঙমলোয়কো –। হেয়া ঙমপোক্তেদা মোয়না মোয় থোকপা পংতৌদা তৌনৈ। কন্নানা করিগী থমৈ। ঐনা ইথৌ লৈতবগী তাইপঙ্গা। ঐথোয় তামোনা তামোনিদনা। হৌজিক্কি নহালল্লাইগী ঐথোয়গী তামোথক্তা নত্রে। হৌজিক্তি ইতৈমাগী নুপা, বেমবেমগী মপানে। শাওরু য়াত্রা? হৌনশান্নি মীওইবগী। ইমাহোয়দি নংগী নখোদাংনি। কয়ারকমোনে ইমানা মখোয়দা ....। ঐ থংইবা অদো ঐ ঐনা কৈদৌ হায়রিনোবা? আ নত্তে ঐঙরোমী নংগী নচাবো? ঐথোয় তয়াইনা ফংঙে থবক শুবগী নামাদা চৎথগা হেক্তা হল্লক্লে। ঐথোয়দি তোকও মখোয়বু থা ৯ নাওপুতুনা পোক্লিবা মমা কাওবা নিংশিংদে। নহান লাক্লমতুম্ম চংলমদে। মানা করি থল্লিবা? ঐথোয় নত্তে ঐনকা করি লানগ্রজাৎনো? অদগী ইচন অমনে হায়দনা তৌরিসিগা করিসু নাচুংদে। ইমুংগী লৈব-লৈতবা থংদে মানা মানা অনিংবা অপাম্বা। ইমা নাহৌরি থংলিবনি হেক্তা চংথিন্নি করিনো ইমুংসিদা কন্নামত্তা লৈনিংত্রিসিবো? ঐভরো, ঐত ঙাইরেনে। মরম অমদি লৈরে—করিনো? শেল

লায়রবা। মৌদি মৌনিদনা মৌগী মখোঙ পানবা সাবোন, মশা নানবা কোল সিক, অপীকপা খুৎ, অশুকপা মিৎতা করম্না হু। ..। শাওরু যাত্রা ? ওয় ওয়বনি। ফৈ অসুম্বাইনা পাম্নৌ নুংঙাই য়াইফনা হায়রিবনি। ইমাসিনা কয়াদা ররিবা ... মরাইবক থিরবা ইচেন্দুগী –। নত্তে ফত্তে হায়রনা হৈন্দোকপা যাত্রা ? য়াই মখোয়দি য়াই। খংলিবমি তারিবনি। অদুবু তাশিন্নদে খংদেকো। নত্তে তাম্লিংদবা খংনিংদবা মখোয়দবু কৈদৌবে হায়দোইবা ? অদুবু মৌদি নুপীনিকো — তামোনা ময়াশ্বা–। কয়াদা থুনা হোংগ্রবা। অদুগু লুহোংবগী থবক শুবদা শোকথিবা খুংঙী দাগ ফাও মুত্রি। কয়াদা চাওনা শাগৎলুবা অশা নুংঙাইবা নুংশিন্নবা ইমুং ইচিন-ইনাও ...। মী খুদিং মচিন মনাও লোয়না লৈনৈ। মাসু মথক্তা পোকপা নত্তে। ঐসু মাগী হেক পোকমিন্নবা মনাও নুপাগুম্বনি—ইচেগা মাগী হেক পোকমিন্নবা মনাওনুপাগুম্বনি—ইচেগা মাগী মচংগা করি খেৎনৈ ? অস মীদদা পংতাই তায়নৈহে ঐখোয় তামোদি। মানা মানিদনা মাগী তঙথায় অমগী বাখলদি ইতৈমনা থল্লিনা ? অস ওন্থোকপনি ঐসু নুপীকাসু থিরকখিগনিকো থল্লুবদা ফিজরে। অদুগা ঐনা মথা শারবনে হায়দনা য়ুমদা চঙ্জিন্দবং, মথা শাবা ফনবা সিনেমাকা য়েংথোক্না লৈবা। অস সিনেমা লোয়, রোগবা "হেমন্তা চংলসি"। ইমাদুবু মৎস্ত। অস চাকপুদি চাও হাই অস ইমাদুবু চারমগত্রা ? অস ঐথক্তা লৈহৌরবা

ঐনা অমুক হনজিন্দ্রবা কয়াদা ইমাদো মথন্নোয়না শোস্থরম-গনি...পেল্লমরোয়কো ইমা ....ইমা।

উচিন নাচিম্না মাধোপ য়ুম য়োরে। অমম্বা মাঙ্গোল মরক্তুদা ঘন্নীদা য়েংই। পুংবু বয়াম তারবা জাংনো? ইহে পুং তরা তাগদৌরেনেহে। অস ইমাডুবু। থোঙসে লোল্লেসে অন্নিরক থিল্লফাও হাংদোরকল্লে! ও! ইমাসে শাওয়েদো। কয়াদা পেল্লমরোইকো। অস ঐবু থিল্লশিরনে থোংসে অমুক হন্না? ঐ থিল্লরোইদা ঙসিকাও কনাদা লাঙত্রবী কন্নাগী ফত্তনবা মাংনবা তৌথিত্রিবী ইমাগী মফমদা কয়াদা লাল্লবা ঐনা? অমুক চাউরবা ইরালসিগা ঐনা করম্না হুম্না চংলুনি। চংলরোয়।ঐ মাঙ্গোলসিদা অতুমক ফমলগেদা — । ইমা শিবু কপ্পি জাংলা? তারোয় ইমুংশিদা কপ্পাকাও পেন্না কপচবা ঙমলয়োয়। অতাবনা পেনথিনী মখোল থোক্তুবস্থ লেপ লয়োয়!চেস্থবা পী। ইমাসিবু চাক চারমগদরা? ইচেগী পাউনা করি? হল্লক্রগা ঐঙোন্দা নত্তনা কনাদা তমনিংঙাইবু লৈবগে? তাগোদা তমলমগদ্রা? তমলম্নরোয়দা। ও! অতুগা ঐনা সিনেম্না য়েংবা চৎলুবা বাহ ঐসে ফৈকো। ঙসি অহিং-সিগা মাঙ্গোলশিদা লেম্নবস্থ লেল্লগে সিনা। ঐগী চপ চাবা ইরালগী দগুনি। ঐসিবু কপ্পিয়ো? থংত্রেদা হে মখোল নংবু থোরক্কনু পী নংনা করিগী তারক্লি। ইমা নত্রা লোক খুরিবসে তুমথ্রি জাংলা? কৈজুপকা শুপরমগদ্রা? মশাহুবু থর নুংঙাই-জাংলা? অস ইচেচুনা ময়ুমদা হনথ্রত্রা হল্লকলত্রা? ইবাইনা

কৌরা লাক্ত্রা ? কনাদা তমলুনি। লোক খুরিভৈসিদঃ—
"ইমা ইমা" মাধোপনা থোং থিল্লড়ুনা মমানা তারড়ুনা থোঙ
হাংদোক্লগা

—অমুক গো লকাওবা চংশিনিনে ? কৈফ ॥

—ইমা ঐ ঙসাইনা লাক্লে—ক্ষমদোক্লবা।

হে থশ্মোয় কবিগী থুগ লাওরি, করিগী ঐবু কপপু হায়রি। রাজকবী ইমাশিগী মমাংদা অমুক কপশিল্লসিরা থল্লড়ুনা মাধোব মনিং কাদা চংলগা ...।

ওস্মোকপনিদকো, মরাইবক ওস্মোক্লা থিগ্রেদো ঐগী ইমা হে লাইনিংথৌ কৈমরেল নখোয় অনিবু ইমানি ইপানী কৌজবা নত্রা হন্না ? উপায় লৈত্র ইমা ইচাবু ওৎলগা মুংঙাইরবা নত্র ? থশ্মোয়গী অরোনবা রাহী কয়া তমথিবা নত্রা নখোয়দা ? ওইনজখিবা নত্রা ইমা ইপা শক্লা। লায়রবী ইমাসে অমুক্তংদি হি কি নোকহনজবা ঙমহনবীমু সিদ নত্রা ঐনা নিজরবপা। করি ক্ষশক থংদবা, লৈজ্ঞা লৈতবা থংদবা নখোয়না করা থংনি। ঐগী অরাবা, ইমাগী অরাবা কপকনি য়েংনিংজ্রবসু কপকনি ঐ পেম্না ঙসিদি—। নখোয় অনিনা পেল্লে—কবিগীনো উপায় লৈত্র ঐখোয়তবু পীরিবা অরাবা। কৈনো মখোল থোকনু ঐ থংই। ইমাসু কপলমগনি। ঐতাথিনি থন্না ফাজিনলমগনি। ইমা ইচা অনিতবু লাক্লরগা পোল্লাকো। অড়ুবু সিমদি থংউ ঐখোয়দা পীবা অরাবা মথল মথল, মখোল থোক্লবা চৈনা থাঙথিনী ইথন্ত।




হে ইপা ইমা শক্লবা ঈশ্বর ইমতৌ... দি খঙহনবীগনু। মাজগে হকচাং, ... জগে অরাবা খুদিং ইমানা নঙগদবা খোংকদবা ঐগী ওইজরগেদো ... মানবনা করি? অচুম্বনা কদাই? লমজিংবীয়ু কৈদনো ঐনা থাংগদবা খোংথাঙ? নংদি উরিনি খঙলিনি। ঐগী অনিংবা অপাম্বা আশা? হে লাইনিংথৌ লৈমরেল ইপা ইমা শক্লবী নচাবু কল্লি ওইরসিগে? মাড়ুনতা লাক্লবী ইমাসে অমুক্তংদি হি-হি নোকহন্দুনা মীকুপ ঙাইহাক্তং ওইরবস্থ মাগী থম্মোয়বু পেলহণ্ডরমগে। লৈমরেল ইমা ইবেম্মা ইপা ইবুংঙো ঐখং ইমাদা লংজরুবা অচৌবা ঈরালসে অমুক্তা ঙাকপীয়ু। "ইমা করিগী অক্নুক থম্মোয় পিকখরি। নচা অশুক য়াম্না লৈরিবসিদি? ঐ লৈরিবসিদি ইমা ঐ লৈরিব- সিদি? ঐ মথোল থোকখিদে। অমুক শোল্লকই। ঐবু ঙাকপীয়ু হায়বা ঙমগনরা? ঙমলোয়। করম্ন ঙাকপীয়ু হায়- গনি। ইচিনসিনবা।

মাধোবনা লাইনিংথৌ মমাংদা তুমিন্না মুক্নম মুক্নম শোন্দুনা কপপাদু লেপ্লগা তারিবা মমানা কপথরক্লে।

মাধোব করিনো নংনা তৌরিদুবু? ইমানা ঙাক্লে হেৌগৎ- লোসে অঙাংমচাদোনা, মচেদুস্থু নবাই লাক্নুনা কাপ্লে হায়- দুনা। চৎমিন্নখ্রবনি। নংনা থোং থিনবদুস্থ তুমথরকপা মপা ওইবনরা তাহৌদ্রে। ঙসাইদগী ঙায়রমলিবনিনে। অঙাওবা ইমানা নংগী অশাদনিনে হিংলিবসে।

— ইমা?